## য়াহয় খরদং

"শৈরেং অখোম্বা" হায়বা অসি তশেংবদি গৌহাটি বিশ্ব-বিদ্যালয়গী বি, এ দা মণিপুরীনা সবজেক্ট অমা ওইবা য়াননবা হোংনবদা থোকহনখিবা লাইবিক অমনি। মনিপুরগী লৈজরিবা আধুনিক সাহিত্যগী কবিশিংগী রাখল অমসুং থম্বোইগী খর অরাংবা মশক উৎনবা লাক্লজবনি। মতাং খরদা অকোঙবা খণ্ড কাব্যগী শরুক্কগী মতেক খবসু লৌখংপা থেংনবীগনি। থায়নগী সাহিত্যগী মায়কৈদগীসু নমুনা ওইনা অনি অহুম অমগা হাপচরি। মখোযসি যাম্নমক লিখিহনা নাকোংদা চঙবা য়াদবমকসু নত্তে। শৈরেংশং অসি খনবগী ভারদি মাশক অমদা শিন্নখিবা নত্তনা পারিষদকী কমিটি অমনা লৌবীখি। অসিনা পরিষদকী অপূনবা শৈখন ওইনা "শৈরেং অখোম্বা" থোকহল্লরি। মাশদা চিথ নানথবা কবিশিং শোয়দনা য়াওগনি। শৈরেংনচিংবা খনবদসু পেন্দবা থোকপা য়াই। পূম্নমক অসি মতুং গী সংস্করণদা অমুক নৌহৌনা খল্লজবগী তাঞ্জা ভাইজরি।

শৈরেংশং অসিবু কোঙনবগী অনুমতি পীবীরকপা মণিপুরগী কবিশিং অমসুং পরিসারশিংবু মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী তরফ-তগী থাগৎচরি। গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়বুসু ধন্যবাদ তৌজরি।

ইম্ফাল

২০।৭।৬৫ ইং

এলাংবম নীলকান্ত

জেঃ সেঃ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

# হীরম লামায়



*শৈরেংশিং অসি শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহনা পীবিরকপনি।

# শৈরেং অখোম্বা

## বসন্ত

শজিক এন্নৌ কান
হানৌ লেং-লেং হওবন
মালেম লৈমায় থক্তা
                    তিংগোই পূমথাঙ্ লোল্লকৃলে।
এম্বীন খূবোম্ শারে,
নেম্বীন শৌজিল লোল্লে,
চিঙয়া উরৈ শংবন,
                    মালং খোঙদও হওরকলে।
চেক্লা তোন্তৌ য়ুম্মোইবন
লৈতাঙ্শেক্ল তান্নন
পামেল উহৈ চান
                    ঙাওনৈবা কুম্বু ফংলকৃলে।
পাখং খেক্নিঙ্ মরা চা,
মোমনু চেঙ্জা মশান্ ঙম্নন

শমৃতুক মান্দেং চাউ,
চৈরৈ মকা কোংনিঙবা কুমবু কংলক্রে।

পাখং মান্ব শম্জিখোং,
শম্জিন্ নাউরৈখোংবু,
লুকোই শলাই য়েংন
হেক্নিঙ লমশাং তোংনিঙ্ব কুমবু কংলক্লে।

তম্লৈপাল্ অপক্মান,
চিঙদ পাংন য়েংলবদি
চিঙ্শেল্ অরাংববু
শান লাম্গে তৌগুম্লক্লে।

চিঙলৈপাল্ অপক্মান
তম্দ পাংন য়েংলবদি
উরৈ রারৈ চোংনিঙ্ব
তম্লৈ পালন মনুং ওইরকলে।

চানিঙডাইবস্মুও,
ককলও মান্পল্ থল্
সাবল্ মান্ব মনম্ শিরক্লে।

হাকুম্ শিঙজা অকংবন
পামেল উরৈ শংলক্রে।
চিঙ্গা কুম্তম্লৈ অডান্বন
মপাল্ ভাঙন্ন শারক্লে।

হাওর মুমুম্ য়াইশঙলীন

মুয়ুম শন্‌চাক্‌ শারকুলে।
উথুম্‌ নাচেৎলৈন শংলকুলে
তাইরেল্‌ নম্বু থোংবন হাইশিংকারে।
লোইদাম্‌ কুম্বু ওইবন
নতাইরেম্‌ ঈরাকমন
শিঙলেল্‌ লৈশক্‌ লৈচু য়েং
লৈরাং লৈওঙ্‌ নাতৈথিন মিংথোংজবকুকে।

( লৈরোন্‌ তেংথা শৈহৌ— গরীবনিরাজগী মতম্‌ )

## গম্ভীরসিংহ নোংগাব

লিক্লাই মশানৌ পোক্টরৈ যুবরাজগি,
চেংলও শকথোং শকতিক্‌ য়েং,
নুংশি ওকুথী লুম্‌লাং কোল্‌,
য়াথং চিঙশাং খোইরেল্‌ হীগুম্লন
শিননৌ কুবাং নানন পাওমেল্লকুয়ে।
লাইরেল্‌ নশাবী ঐহাকপু

গৌড়িয়া ধর্ম্ম অথোইব অসিদ
টনবী পুক্লিঙ চেৎপবু ওইববদি
রাধা কৃষ্ণ অনীগি থৌজাল মায়োক্লববু
লোনদন লেপ্নে তান্কংজরগে।
লিক্লাই ঈশানৌ নহাক্নে
নরাংঙম্ লৈকোইরেল্,
নপোইরৈ সনাপুঙ অসিদ
মথায় কোমবেল তোংন
সনা পাল্লু ওইতৌরো।
সনা পাল্লু ওইবগি
চগুন লমচৎ পাকদবদি
শাম্ দান দণ্ড ভেদ মথাব মরিনি।
নিংথৌ সনা লৈকোয় ফম্বদি
সমুদ্র লাইজ ঈরেলপুঙ মহাক্নি।
সমুদ্র লাইজ ঈরেল্পুঙন
ঈশা লমবু শাবিদে।
মালেম্ পৃথ লৈমন
কোল্লোয় পাউথিল য়াবিদে।
নিংথৌ সনা লৈকোয় ফম্বম্ব
চেংলও মীশক্ য়েংফদে,
থৌজাল্ তাইহেল্ নাইফরোই,
ঙাইরী মরা চৎফদে,

শাগৈ মীচঙ্ নাইফদে।
মালেম্ লৈবাক্ অপুম্বন
শমু হকচাং মঙাক্নি।
নিংথৌ লৈবাক্ মপুদি
থবায় মীমিয়েন্ গুম্বনে।
লৈবাক্-নিংথৌ অনীমদি
থবায় হকচাং অনীমবু
পানদন লোইনবা তুগুম্বনে।
থৌজাল্ তাইহেল নাইদন
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব নহানুবী পুম্বব্
লোক্‌লৌ-শান কোনন নাউযোক-ও।
হুয়েল শান্দ থৌব রাযব শাদ হৈব
অশগ মীপোক্পা, অথৌ লাঙ্গোনব
লৌশং রাখল সোযদব
পণ্ডিত লাইবিক হৈব
মতৈ শিন্‌শু থোইবশিংদি
নিংথৌ লৈমাবগী লল্ মরুনে।
নম্ মতিক মতিক য়েংন
থৌজাল লাংগোল্লবগ
লুংচই পুক্কিঙ্ থুংন
তা মহা চাবনে।
পা সনা মৈ খাঙ্বন

ঙুণ মতিক চয়্রোষ্নন
সনা লৈবাক ঙাকহৌরো ।

লৌরেম্বম্ দয়ারাম্ সিংহ
নিংথৌজম্ নবশ্যাম্ সিংহ
( নরসিংহ )

# শগোল্ থাব

বভ্রুবাহ লৌশিংবন ,
লান্মী মনিন্ নাইন ,
পম্লো মাঙ্দ চঙ্খিববু '
চেংলঙ মিৎখিৎলবদ ,
উন্বী পুক্নিঙ্ নিঙন্নখি ।
অর্জ্জুন্ তৈল্হৈবগি ,
চেংলঙ শকপান্থোংগি ।
মতৌ মরম্চৎ য়েংবদ ,
মচুং মমেল্ নিঙখিব ,
খোংথাং খুৎথাং লেম্জবা
ঙক্শম্ লুরেল তাব ,

থবাক লেংকল্ লম্
কৈবোম্ তান্চুম্ লম্,
বব্রুবাহ অহেম্বগা হেন্নদে।
লম্দম তাম্ন লৈরম্বদগি
লাল্ফম্ মায়োক্ নক্চিল্লক্লে
বব্রুবাহ অথৌবদো,
পন্থৌ চেংলও উবদ,
হুলাই মথুনেৎতগি,
মালেম্ লৈদ কূম্ন,
পন্থৌ পার্থ অকম্বদ,
যজ্ঞ মঙমশা নিঙ্খিব,
য়াওরা লল্ময়াম্ কৎন,
মালেম্ লৈদ পাকুন পুক্লম্লে।
নিংথৌ মাগা ভাইরোয়নরক্প
পুরোহিত মনাওয়োক্লাচিংবন
অর্জ্জুন মাংদা লেপ্ন
য়াথং লৈশি লৈথোক্লরে।
বব্রুবাহ মথোক্লক্পন
অনৌব চৈরৈ ঙক্ত য়েৎ
নুংশি মতৌ উৎন নোন্ন
পন্থৌ মাবু পোক্পগি
থূয়া উৎফুল লওন

শৈরেং অখোম্বা

তাঙজ লুরেল্ তোন্দহাপ.
মিৎসনা থম্বাল্ মান্বদ
পি'বম ঈবা চেন্ন
পার্থ অকম্বদ থেংন
যাথং মচৎ অথুম্থি
কোল্লোয্ অমেঙ. খল্ল
ভক্তি নুংওল্ চৈরোয্নন
শম্ খূৎতপ্নন হঙ্গৎচয়ে।

লোংজম্ পবশুরাম্ সিংহ
( লাবন্যচন্দ্র মহাবাজ হাক্থক্ )
শকাব্দ ১৭১৮

# নির্জ্জনতা

নুমিদাংরাইবম য়ৌবক্তুনা
সনাঅহিংবা মশেকনা,
উতোল রাতোল নৈমুতেংহুনা,
পোত্থারকলে অঙানবা নোংচুপ্তা।

পোম্বী চেকলা অয়াম্বা,
পাইরকলে মতম তম্না
য়ুমশা, ষণ শগোন্নচিংবা
মমাই নৈনখ্রে শুল্লকতমনা।

ব্রহ্মচারী অমস্তু কনাগুম্বা,
থাদোক্তুনা তাইবংমীগী অপাম্বা,
'পুকনিং তপনা লাইনিংগে' হায়না
চংখ্রে অচিকপা লমদম তমনা।

উখোং অমদা ফমদুনা,
য়েংলকলে মিৎ কুপ্তুনা,
অচিকপা লমদমগী ফজবা;
খল্লকলে পুম্রিংদা মওল মওল।

হৈনম লৈনমনা চূববা,
মলযা নুংশিৎনা ইংলবা,
শিৎলকলে তপনা তপনা,
যাচংবগী অমম্বা মবক্তা।

উনা রানা লৈস্থু খিবিক
চাইক্তমলকল্লে তপনা তপনা
নুংশিবা খোঞ্জেল অমখক,
পোকলকলে উমং’ত্তুদা

খোঞ্জেন্দুগা তিন্নহুনা,
মিববা খোঞ্জেল অমা,
তাবকলে শেংকোত্তুনা,
ব্রহ্মচারীগী নাকোদা।

“তাও ব্রহ্মচারী ওসিদ
ক্ষোংদোকলগে রা পুক্লংগী
‘আচকপা’ কৌই হায়মংদ,
মবেম্মানি লমদমসিগী।

ঐদি সহব অচৌ অচৌবা
লৈবক খুল্লক মী তাবা,
লমদম মীয়াম তিনবা,

হন্না য়েংদে থাপনা চেন্থোকই

ইতিহাস নিংথৌরেল খু দিংগী,
রাবী অকন অংথৌশিংগী,
থাবল চোংবী শাবী শানৌগী,
তাজনিংদে তাজনিংদে।

ইংলবা উমং মথাইদা'
চিকলবা চীংয়া-তময়াদা',
শোংলবা নাবক শীংলক্তা,
লৈফমান লাইবকথীবীগী।

হৈ-বা হৌবা হৈকোন্দা,
লৈ-স্থনা লৈতেংবা লৈকোন্দা
অচৌবা চীংগী চীংদোন্দা,
শান্নফমনি পাঙ্গল শোনবীগী।"

"মথন্নতা হৌবক্লগা,
কংজখিবা মথন্নতা
উরী-রাবী-লৈ-স্থগী পুনশিনা
পুনশি লৈ-পরেংান এহাক্কী।

সমাজগী ইতিহাস,
মপূংফাদে মপূংফাদে।

খুল্লক্তা শানবা রারী,
মরীক চুমদে মরীক চুমদে।

তংথাদুনা কপ্পতনা
থম্মোই শোক্তে থম্মোই শোক্তে
তুমিন্না লৈবতনা,
রাদবা নত্তে রাদবা নত্তে।

মীওইবগী লাইবক গীবনা,
ফোংদোক্তবা অরাবা খংবিদে কনানা
মবোল থোক্তবা কনাগুম্ববু,
'উকংনি' খল্লি মীওইবনা!

খজিক্তুং শোকপদা তিংখংনা,
কপলিবী তেংথা নাওইন্নুনা,
নুপীসিনী রাবী রাখোংদি,
শকনা শোন্নখ্রে মী খুদিংনা।

নৌনা মপুবোইবা খাইনববী
ইকাইথীবনা কপখিদ্রবী,
লকানুংদদি রামৈ চাকলবী,
শকনা শোন্নবগে কনানা?

মশক থীরবী লাইররবী,
মরোল থোক্ত্রবী লৌশিং থেল্লবী
মথল্লাই থাগ্রবী নিংবা থুংদনা,
শকনশোন্নবগে কনানা ?”

“তীর্থস্নান তৌরিবা চহি খুদিংগী
পূণাগী রারীদি নুপা 'সিগী
নিম্নখ্রে লৈরক খুল্লক্তা
শকনা শোন্নখ্রে মচৌ মচৌদা।

অতগা মপি তবং তবং চেন্দুনা
'তীর্থ দর্শন ফংদ্রে' হাঙ্গনা
ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা
কপলিবা নুপাশিগী রাবীদি,—

মীপূমতিংনা হল্লত্নস্তু
' থংই ' হাঙ্গবমদে কনানস্থ,
চেনা খুদিং হাইদোক্ত নস্তু
য়াওবমদে ইতিহাসতা

মিৎকুপ পুংজা খুদিংগী
পাক-চাউরা তাইবংসিদা
অরা অনা কয়া অস্থম তৌনা

মাংখ্রবনো খংহৌদন্না!

কাব্য কয়াদা ইনরিবা,
পুনশিন্নুদগী হেন্না রাবা,
তৈদে কখ্রানে পুনশি কয়া
মী উদবা লক্ষাংদা!

ইতিহাসতা শী থানবিবা
অকলঅখোশিংহুদগী
পোইনা হেন্না কনখোববা,
কেমখ্র খংতৌ উহৌদনা!

জাতিগী ইতিহাস হাযবসে
মিংনা উহৌবা, নাকোংনা তাহৌবা
মবিক চুমনা ইবতনি রাবী খরা।
ফোংদাক্লবা পুকাননংগী রাদি
কবমনা খগনি মাহাকনা

কাব্য হাঈনবিবা অসিস্থ
উহৌবা, তাহৌবা, কল্পনানা ফংবা
তিনম খবদং লৈতেং হাপ্তুনা
ইজাতনি পুকনিং হূনা।''

" বিজ্ঞাননা মমিৎ তাংলবা

ইতিহাসনা মনা পংলবা
হিরমশিংদু অদুগুম্বা
তাদবা উদবা লৈতে ঐহাকনা।

হে ব্রহ্মচারী নৌনা লাকইবা!
পোৎকী মমলবু অচুম্বা,
খংহৌবা, টাহৌবা, তাহৌবতনা
লেপনববনে চাংতমনহনা?

অচুমনা চৎনববদি সমাজদা,
ফরে — চেক্কী সিঁড়ি মথক্তা
গামল্লা মথক্তা লৈতেংলিবী,
লৈবাংসে ভাব্বিনা কৌবী,

মথক্তনি শকফজবদা
মথক্তনি মনমনুংশিবদা;
অচিকপদা শাৎপী কেতুকীসি
অবেম্বনি মাগী পুনশি!"

"ইথক্তা অত্যাগী মকোঙ্গদা
নোংথাং কযা কুপথ্রবা!
নোংমৈ শীংজং কয়া তাথ্রবা!
নোংশা কৈ কয়ানা কোঙ্গথ্রবা!

ঐগী চিকলবা তম্পাক্তা কুন্দুনা,
লাইনিংবা সাধু কয়ানা
ঈশ্বরবু উপাসনা তৌজরুনা,
সিদ্ধি ফংশ্রবা নিংবা থুংনা !

নুংশিথৈরেব্রবা মীতাৎপা কয়ানা,
মীগী মকোক পুশিল্লক্কুনা,
লোৎলবিবা ঐগী ইরুমদা
তুজুইদ্রকো খল্লবদা !

" ইচিকভুংকলবা অহিংদা
মীনা তুমনহিনশ্ৰবদা
ইংলবা থাবলগী অঙৌবা ফিজনা
কয়া কুপশ্ৰবা ঐগী ইপক্তা !

ঐনা বাণী অমতম্বু লাপোক্কে ।
কনাদম্বু পুকনিং ফোংদোক্কে ।
মী খ চন্দনা মরুমদা লেপ্পুনা
চিবম পুমনমক য়েংই মন্না মন্না !

ঐবু শেম্বিবম্বদা বিপাতানা,
পীবিরমত্রবোই কাউত্তনা,
পাম্বৈদি পুকনিং ফোংদোকনবা !
পুকনিং পীবিরমই খন্ননবা ।

1272



মীনা ঐবু হেক যেংবদা
নিংনৈ শান্তি লাইরেম্বী'ন
অতুগা কনাগুম্বা অমনস্তু
খন্নে অরাবা লাইরেম্বীন !"

ব্রহ্মচারীনা হাঁইরকই,—
'মীনা শান্তি লাইরেম্বী কৌসনু
অরাবা লাইরেম্বীসু হাঁইসনু
ঐনা দ ইমা শরণী লাইরেম্বীন।

ইমাগী তম্পাক্তা তম্বগুম
হূংজংগ নংগী তম্পাওা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমুত
চুপচন্না হিংজগ থাইবী খরাক।

লৈবাক্শমনা থমনাথক্তা পকপা
পুংশি তৈযাং তংশাইবা
থমনা খেঞ্জোংনা চামথবা মতমদা
তিনজাগ নংগী পুকনং পুখ্রীদা।।

সমাজগী মবক্তা লৈবস্থ
লাওকনবকই পুকনিং থানবা,
সাইনংলকই ইশা পান্দুনা,
তেংথানিংলকই লোল পোকতুন।

হৌখবা শরুক্তা ইপুনশিগী
পাকৃব ইতিহাস সমাজগী
লেমহৌবা পুনশিগী শরুকসি,
মা জাগ নংগী জীবন ইতিহাস।"

লমাবম্ কমল সিংহ
(শৈ পরেং)

# কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক

(থাইনগী থোক্ননা হোংখিবা অমসুং হৌজিক্কী অনৌবা কোক্সং শেমদুনবগী মথক্কী অবস্থা।)

চীনা কোঙীনা ফিরুক খুমলিবা,
তাওনা কোইনা পল্লগাকলিবা,
ঋতু তরুকনসু লৈতোরলিবা,
মালেম পাম্থগী লৈকোলগুম্বা,
মণিপুব সনা লৈবাক্কী লৈনয়েন্দা;
থমচেৎকুম থম্বালগী মনুংদা,
শালগ্রামগুম লৈপরেং মনুংদা
ডাম্বোইবি থাইনগী কাঞ্চীপুর।

লৈময়োলসিগী নিংথিজবা মিংচত্তি,
মতমগী কল্লবা ঈচেল ঈবৈনা,
অহিং নুংথিল নাইদনা পুথোকখিহুনা
লুপখিগদৌরে অমম্বা ঈপাকথক্তা !
নুংশিরবা লৈপা লৈনমনা,
নুংশিৎকী মকোইদা তিনরগুম ;
চাংনুংদা খোংবা তামনাগী খোঞ্জেম্না,
পাকলবা অতিয়াদা মাংখিবগুম;
মনম নুশিরবা কালিন্দীগী ঈশিংনা,
য়ারুবা থুমহৌদা তিনখিবগুম,
নিংথিজবা মিংচৎ কাঞ্চীপুবগী,
কাটশিল্লকলে নোংম-নোংমগী ।
অমাদ কাঞ্চীপুব লাইবেম্বীগী,
মবাক্টবকগীবা মরমদগী,
মনুংতোঙ্গু মাই লৈথোকপিখরে,
পাউতম্বীনস্থু লৈবকতরে ।
অমদি অরা পোত্থানবা য়াবা,
মচাস্থ য়াওদ্রে তৌবিমল খংবা ;
ঈবাকনবে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
'হা ওইজরে নূং অনিগী মরক্তা'
মচা ফাগ্রবী শজী অমোমনা,
মৈচাক খাংগুম চেনচোংহুনা,

উনাথক্তা তা'গুম অতিং লিক্লানা.
অরাবা পি শিন্থবি ওন্না থোইনা।
শঙ্গুদগী চিথহৌববী তেনরাগুম,
মীচিক মীবাওখোল তাখিদ্রবা,
উমং উখোং বাখোংনাক্তা ফমজনা,
অবাবা ইশৈ শকচবি মথন্নতা।
থৈরোং হৈনৌনচিংবা হৈপাল,
লৈহাউ, শিংঘাবৈনচিংবা লৈপাল,
মশাগা মশাগা লোনাশন্নগনা,
অরানা ফোংদোকলি তুমিন তুমিন্না!
উবীবৈ কুন্দবৈ বাসন্তীনচিংবা,
উনাগী কাংলুপ্পা মনী চংপা,
থাদোক্নুনা তূনকম হৈপাল লৈপাল,
ওন্থোইবি, তৈহুনা টগুল বাহৈকুল।
লংখুন্নু লামৈনাচংবা ভৈচেক,
তে থাবি কাঞ্চীপুবগীদমক,
মনাপুংবা উশা থুদিংদা তোংজনা,
তোবিমল খংবা চেকলাগী কাংলুপনা।
হো জকফাওবা কালিদমনগা,
পিকলবা ঈশিং ঈচেল অজুনা,
চীংগী চীংখোংদা ভা-থেজুনা,
চামথোকলি খুযাথম্বাল কাঞ্চীগী।

কাঞ্চীগী হৈকোল লৈকোন্দা হৌবা,
হৈ-লৈ পাম্বীগী মরুপ খিবিকনা,
নিংথিজবা মতৈমরোং লৈ-স্থু কস্তুনা,
পুকনিং ফাজিল্লি কাঞ্চী লাইরেম্বীবু।
মতা কাঞ্চীগীদমক রাবনা,
শ্রীরাসমণ্ডল পুথ্রী অসে
লৈতেংখরে অমোৎপা ফিজেৎনা
লূ-হেন্দরে মতৌশাগুমনা।
অহুম ওইনমক চাকতাররি,
ঙানুথঙ্গোংনচিংবা চেকলানা,
নুমিদাংরাই য়ৌবে হাঈহনা,
পুকনিংগী অরেপ্পা কাঈদনা।

লমাবম কমল সিংহ
(লৈ পরেং)

# চন্দ্রনদী

থাপনা ন্টাববা চীং অসি ওন্থোক্না ফজৈদা !
নৌনা পুকনিং হূনা নিংথিদা,
ইংনা লিক লিক লাউইদা ।
শংবানবা অতিথামকপুস্থু নঙ্খাংলিদা !

মাসি শংবানবা অত্যাগা শমনথ্রনরনে ?
অগুক্তং থেংড়ববদা,
মিংঙ্কম হোংবা য়াদেদা ;
অহুবু অওইবমক মাসি মাগী মচুবনে ?

নত্তে,—মখোংদা চংলবদি ভুবা ফংগনি,
শোংলবা শা-কৈনা থল্লবা,
নাবকনি, তিংখংতুম্থৌ তৌবা ;
তিংথৌ তৌবা কৈতেম মান্নবা লম খনভনি ।

অরানবনি অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যদি !
তোর্ব্বানস্থু নাবক ওইখ্রে

মনুংস্থ নাপীনা থনখ্রে,
তৌইগুম্বস্থং ইতিহাসগী ঈচেল চেল্লি লৈম্নুংদদি।

মতম অমদা মহাক্কী অকনবা ঈচেন্না,
তোর্ব্বান্দা তৌবা উপাল রাপাল ফুক্তোকলমই।
হৌজিক্তি ফক্ত গঙ্গাগুম্না,
লাইজা ঈচেল থাদোক্কনা,
পুকনিংগী অথুপ্পা মক্মদা, মনুংদ-মনুংদা,
অরাবগী ঈচেল চেল্লি লোন্না লোন্না।
অহুগুম্বা ঈচেন্দো কনানস্থ উবা ফংদেদো!
কাঞ্চীপুবগী অরাবা পাউবু পুখিত্না,
আতং নুংখিল নাক্তদনা,
চেন্থরি অমম্ব-সমক্রু তমনা।

লোক্তাকলোমদা তমলমই, লাইজঈচেল চেল্লিউদদি,
মপালনাইদবা অমম্ব-সমক্রু তমখ্রে হৌজিক্তি।
কনানো শকহেনবা মীগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা
ঈরুজগে থোবাংলিবা, খোরাংবা মিৎয়েংনা য়েংহুনা?
ইরৈপাক্তস্থ ত্তুরেল লৈ, ঈচেল কংখ্রে খল্লিবহু,
তৌহনা য়েংসি অমুক্তা, য়েংসি থোরকপা লাইজহু;
লূরবা লাইজ ফংগনি, ঈরুজরবদি ঈশিংহুদা,
ইংগন পূকনিং হকচাং, কয়া নুংঙাইগবা পুকনিংদা।

লৈ-স্থ থাসি তোর্ব্বান্দা, য়ৈসি হিদেন্দা চেক্কী থাক,
ঙমজ্জরনি ঈকুজবা অশোন অনা পুন্নমক!
পোক্লক্কম লমদম থাদোক্ত,না হাপ্তু,না থরাই খুবাক্তা
লনতানবা চংনৈ খুদোংথীববা মক্ষমদা।
ইরৈপাক্কী মনুংদস্থ মিংচৎ মমল য়াম্লবা,
ফুমহুনা লৈরি লৈনুংদা, তাল্লুসি শকহেনবা।

লমাবম কমল সিংহ
( লৈ পরেং )

## নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা

চৎকদবা চৎখিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা!
চেক্লাগী নুংশিবা কোলোয়
লেপথ্রনি য়াচংবদা।
লেপকদবা লেপখিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা।
ঐগীগু কোলোয় নুংশিবা

লেপখি ননাক্তা চঙবদা
লেপকদবা লেপখিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা।
ঐগী অচিকপা বাঁশী
খোংজবা থম্মোই নুংদা
শিন্থনি মিংলুদা ঈরা
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা!

খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ

## নিজরোই ইমা অতোপ্পা অমা

নিজরোই ইমা অতোপ্পা অমা
পালেম থুয়া থাদা!
মিতৌজদে লনস্থু কল্লকউদে মিচংশু
পাম্মুদেকো অবাংবা খুডম।
পাবিযু মফম লেঙ্গগে মতম
পালেমগী নুংশিবা তম্পাক্তা!
ইমানা ওথৌবা নারাগী খোঙ্গুম
শকচংগে মপুগী কোলোয়!

খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ

# লমগী চেক্লা অমদা

খাঙ্গাই শুকপ পোক্লনা    নুংথিল কোবোহনবনা
নোংচুপ চীংয়া তমখবে।

লাঙ্গাল গোংলম ফাংলম্বা    গোংলৈ নোংথাং শাবম্বা
ভম্বা মশিন থাখবে।

লাইজ ঈশৌ লাংবদা    মলযা নুংশিংনা য়ৈবদা
প্নক্লিং চকচা ঈংনবে।

অঙানবস্থ লোইদ্রেবৈ    অমম্বস্থ লাকদ্রিবৈ
কওবেন কোঞ্জন মতমসে।

নাইতোম তাবা চেক্লানা    গুক ফাঙ্খোং খেতুনা
লৈনা জগোই শাবম্মী।

পান্থৌ শুমাং মথাইদা    বৃন্দাগী খুভম মনাক্তা
কোলোই মপাউ তাবম্মী।

চাম্লাইদবী মরুপও    ডাইগাক্তস্থ ডাইখোও
লমনাইদবা মালংবন।

কনাগী য়াথং ইন্দুনা    কনাগী খুদুং লৌগনা
নপাম লমদম যোগানি।

গ্রৈনা হাযজবা তাদনা    নাইতোম পাইবা চেক্লানা
মিংয়েং কারন লাস্তোকখি।

# লমগী চেক্লা অমদা

ইনুং শোরানা তৈবদা ঈমুং কমজাও মথক্তা
খোমলেন য়াতাগে লাক্লখি।
তাইবংমালংস্থু লাল্লবা খোয়েন তুম্থ,ন্সু হুন্দ্রিবা
অস্থুবৈগী কানসিদা,
খাবম্না ইপোম তৌরবা শংবানবা মালংদা
লাইগী জগোই শাবীনা,
চেক্লাবু তরাম তৌদুনা নুংশি খুল্লং কৌদুনা
চেক্লা কাইদোংকম পীনখি।
নাইতোম তাবা চেক্লানা ফৈরাথক্তা তোংহুনা
কোলোই মপাও তাক্লকই।
চসাইদৌনা নিংথিজৈ চসাইদৌনা মকজৈ,
পংনা পাল্লি তাইবংও!
মপুগী লৈপাকনুংসিদা হীরম থোদোক খুদংদ
কনানা লমজিংবিবগে?
কুয়েংস্থু শোইদ্ধ মরাক্কে, ভাসদৌনা পাইরক্কে:
মপুগী মগুণ তমলগে।

খাইরাকপম চাউবা সিংহ
( থাইনগী লৈবা )

"ইত্থ নিংথৌ বৈদগী কেগে মোইরাং লৈপাকতা
কোম্লোং অনি লাক্লিবা নোংযাই নংনা করম্না,
কেগে লৈপাক অসিদা কদায শিল্লংউগনি!
সিস্থু লায়রে মতোক-ও, ইচেম-পনবু-পন্নিংদে!
হায়দসিস্থু কদাযনো খম্বা নংগী দমক্কি!—
করম্ পুথোক্লসিগে নংবু মোইবাং-মমাংদা!
চম্থু নিঙোল কয়ানি—নমাল্লবা লখানি!
লমজা ওইবা নংগীদি নোংযাই! কনা লৈতেদো!
নচেম ওইবী ঐনদি নুজা-পাংগন ওইবনা।
খুমন হৈনা-নতুংদ ইল্লবদি ঙম্মোইদে!
সমু-হৈবা গুল্লবা নোংযাই নংগী নতৌনি,
কেগে মীবক তিল্লবো, তিল্লকববনিনা
চানবিবস্থু গাওগনি তাংথিবস্থু লাকনি।
চংথোকনু ইবুংঙো, থোকহন্নিংদে ইচেম্না!!
খুমন মতম লাকখনি—পালেম পাম্থৌ অনিনা
পিথোক্লম্মি ইচেম্বু অংগোম কৈরোইজাম্বদা!
মোইবাং চাউবা নোংথাম্বা অঙোম মযুম অসিনা,
নোংযাই উপায ওইববা—নচেম ঐনা চংলগা
মতম ডদা ইবুংঙো! কেগে মীবক তিনগনি।
নোংযাই নবুক অচৌবা থল্লে থল্লা চাখিসি,
নোংমা কাদোক থন্দবা খুমন স্থম্বা খাংখিসি॥"
ৱারম অসি হায়দুনা মত্থ-নিংথৌ খামজিল্লি।

চরৈ সেগাইরবদি অমতংবু ইংখৎলে!
নুতি খুদিং নদৌগুম লৈকাই য়ুমথোং খুদিংদা
নিরুরগে হায়দুনা চৎকে তোরে মচেমদো॥
লাইরবীগী মবুক্তা মণ্ডন-মণ্ডন-খল্লকই।—
"পাখং মবুক চাওবগী থনাখদর-বোইরেকো।
পাখং মানা স্নুরগা খৎত য়াম্না থোক্কান।
'হুগা মনিং থুংগান চাব-মরাং কায়গনি,
ইহু নিংথৌ নবুক্তা খল্লবোইকো।" নিংখরে॥
লমজা লাইরবীহুদি মিৎস্না থম্বান-মানবীদো,
তরং লাইজ ঈ-হৌরে, রাবা পন্দোল লোমজখি।
খম্ব-মানা খনবদি ইতোপ-তোপ্পা অমনি।
কনাগুম্বা অমনা নুংশিবীবা কয়ানা;
নুজা মচেম অত্তবু য়েংঙম-দবা ওইবগী,
"খম্বা নংবু শিল্লংউ নচেম আস রারেদা।"
হায়বিরকপা য়াওরকই। খম্বা মানা হকাইখি।
লৈকাই রাকম সিদগী হায়জবনি মচেমদা॥
অওইবস্নু য়েং-ঙমদ্রে নুরা লমজা খম্নুদো॥
অকবাদ লৌকমদা রাহৈ মরু লিংউ-গুম্
মচেম পোৎথারসনু মচেম য়োক্কে নিংখরে;
মীগী মরা লৌহুনা খম্বা রাখল তৌখরে॥
নুজা মচেম অহুনা লৈখাক্ খুদিং চৎপগুম্
চৎলমদায়দা খামখরে খম্ব-মচেম্ খম্নুবু॥

ইঙক ঙকই মচেমদো—"ইচু নিংথৌ ইবুংঙো!
হায়নু ইচেম চৎচগে, নংনা করম শিল্লংবা?
হায়না হংই খম্‌নুনা ইঙক ঙকই খম্‌নুদো॥
খুমন মানা—"কারনো! ইমা শকপী ইচেম-হল!
হায়রুনিনা করিনো। য়োৎপু তৌরু তৌরূান।
ই-ফাল্লু ফাল্লুনিনা। চুগী মতিক চাবদো,
ফংজগনি অসু মল্ সুম্মা সুন্মা সুরূানি,
কেগে মোইবাং অ.সদা কাব সুকম্ লৈতনি!"
হায়জরকই মচেমদা।—'কৈদগীনো তৌরুনু!
ইচেম নিজরুগনি" হায়রে খম্‌নু য়াদরে॥
খম্বা মচেম চোরোন কোল্লে মফী ঙক্তা য়েৎনা-
"পল্লেম ইচেম ইবেম্মা! পোকপদগী ঙসি-ফাও,
লমজা ইচেম লাইরবী নংনা কোয়না নিরুবা
'ফংব-চুদা চারকই, মাহুতা শেৎচরকই,
নচু নিংথৌ ঐহাক্না ইনিং ইখা তৌহুনা
শিমা চাগে সি-হাওতে হায়জরক্তে ঙসি-ফাও।
ঙসি নুমিৎ অসিদা ঐনা পাম্বা 'মতদি
নিজগেনে ইচেদা পিবিযুবা ইচেনা!"
হায়জরকই নিরক্লে॥ মচেম চুনা—"ইবুঙো!
হায়ু হায়ু ইচেমদা নোংয়াই করি পাম্বগে?
হায়জরকই মৌপ্পাদা রাত-পাদ মচেম-গুম্॥
খম্বা মখুৎ লোম্নরে মিত্তা পিবু তাহুনা—

"পল্লেম ইমা ইবেম্মা ! লমজা ইচেম লাইরবী !
নত্ত নিংথৌ ঐগীদি পল্লেম পম্থৌ অনিনা
চরৈ মচেৎ অম-কাও থম্বিরমব্রে লৈতরে।
কৈবোইজাম্বা ইবাইদা খম্বা ঐনা ইরম্না,
থিল্লোইদৌবে ইচেম বু। অঙোম মাগী মরম্না
ইচেম-বু লুক্তোংবদি নত্ত নিংথৌ তৌনিংদে।
পাঙ্গন শোনবী ইচেম্না তবা চনিবত্নুনা,
য়োক্লে নত্ত নিংথৌবু পাঙ্গন চাউরে হৌজিক্তি।
ইচেম নংগী সেবাদা তৌজবগে ঐহাক্না।
চৎথোক-তনা লৈবিবা শিল্লংজক্রুরগে ঐ।
ঐনা থোকচরকপা ইবন তুনা শেম্জগে !
মাসিত্তদি ইচেম্না পিনবিযুবা ঐবু!"
হায়রে মচেম খুবমশ্রে : খমন্নু খল্লি মবুক্তা —
"চুমখৎবদা ইবুংঙো! সবু — নংবু কবম্না,
লৈকাই শিল্লংঙবোদি থাবসিগে ইচেম্না!"
খনশ্রে খমন্নু কপথরে মওন-মওন খন্দুনা॥
খুমখিদরে মচেমদো — চৎলু হায়সি কদায়নো,
নিংথিজবা খম্বগী রাখন তুনা চুম্বনা,
চৎকন্নস্তু হাযঙমদা খমন্নু কৌবি রাখরে॥ —
"কনাগুম্বা অমনা মতিক চানা পিবিনি।
কনা'মনা যেংবিরোই অবাবনা হেনগনি।
মঙাই-সূবে অমত্তা তবাই-সূরে অনিত্তা,

স্মৃদ্রে চরা হেনগনি, লাইরবগী অরাবা !!
মতিক চানা লৌগে হায়রুরবসু স্মৃগল্লোই !!
নপোক-ঙৈগী স্মূরক্তা নপাংগম্নদি চাওবা,
য়াব-মথৈ স্মূরুরো নবুকনদি চাওবগী
খোকচরকপা অতনা লমজা নবুক থন্দরো !
নোংয়াই করম তৌগনি ! কেগে মোইরাং লৈপাক্তা
তাংগ্রবনি নহাক্তি। খুমন নংগী শকতুনা
শিল্লংউনি কনাদা। কমদৌসবা ইবুংঙো।
নোংয়াই নতৌ অসিবু ইচেম য়েংবা ঙমদ্রে !"
খাল্লি য়াদ ঙাংদবি। নূবা মিৎলু অনিদো।
পি-না পুমথুম থুম্মকই। নোংয়াই মাংথোং য়ে ঙম্দে।
স্মুম্না লৈরে খমনুদো। খম্বা মানা য়েং ঙমদ্রে,
মচেম তুবু য়েংতুনা— "ইমা শকপী ইচেম হুন,
কবি চিংনরুবগে ! কেগে মচা লখানি,
মোইরাং-লাইর' কয়ানি, ঐদা নত্তে য়াকন্নু।"
হায়না মচেম থেমজিল্লি। মৌপাই য়াতু তারগা
তুনা থোইনা য়াখরে— খমনু লৈবা ঙমখিদ্রে '
কেগে মোইবাং লৈপাকতা পন্থৌ মানা পাল্লখা,
অকাবদা শগোন তোং, অকুম্বদা দোলাই তোং
মপা মমা লৈরদি স্মুম তৌরোইদবনিকো,
ইপা তুগী মচানি খম্বা ! লাইবক থিদকো !
স্মুম্না কয়া খল্লগা মমৈ থংদা মচেম্না—

'চমগী ইনুংঙা চংলো ! নোংয়াই ঙাসি য়েংঙু খো !
হায়বিরকই । খম্বদা — হরাওজরে নুংঙাইজৈ ।
'হোয়নে ইচে" হায়ব-সাই । মচাদ তুমিন যেংই ।
পাখং লেবেল-লৈ কাম পোক, লৈচি মতুপ অমবু,
খুমন খুংতা পামখংলে । সেগাইবরা ঙবোংমা
পাখং নমদা ইনখংলে । 'মোংপা খুদৈ অমা-শেং
খম্বা মচেম খুবম্মে লমজা মচা থোবক্লে ॥
হোজং রাংমা লান্দুনা চেংগৈ পন্দোন য়োরক্লে ।
খম্ব-চপ হেক লেপটরে লৈচৈ খদাং শোহুনা ॥
মোইবাং কনাই ময়ুমদা শিল্লংসিবা খল্লকই,
চংকদবা মাথকৈবু খুমন মানা য়েংলকই ।
মাথকৈ সিদা অসি লৈ ইনাক খুনবা মাতনি,
হায়বা পূম্বা অসিদ খদে লমজা অহুদি ॥
য়ুমথোং অনি স্থনদি লাঞ্জদবা মহাক্লি ।
'কেগে মোইরাং খুল্লক্তা কোয়না চংকে য়েংলগে ।
মশন সংগোন থল্লম্বা য়ুম্বান কৈবান নুংঙাইবা,
চংগে মতা য়েংহুনা' — খল্লে নোংয়াই মবুক্তা ।।
খোয়ুম মানা পুবগুম থুংক্ষম মক্ষম খংদনা,
মমায় কৌক্রু পাংলপা লমজা খম্বা চংলক্লে ।
লমদম খর চংলগা হোজং অমা থেংনরে ।
খুমন মানা য়েংবদা নুংঙাই-য়াইক-ওইনা-উই ।
মশন-সংগোন থল্ল-লৈ, সগোন-সংসাং থুংন-উই ।

"ইনাক-খুনবা হায়ববু সিনিদনা লৈরেদো"
খল্লহনা খম্বদো চংজবকই য়ুম হুদা।
নোংযাই কোয়না য়েংলকই—'হৈন লৈনা তৌরিবা
য়ুম অসিনা নিংথিবা ফজবিবা চাওবিবা!
সল-অসিনা য়ামহৈবা; খুনথ্রবোইদা নিপা-সে"
খল্লা, য়েংনা চংলকই, সুমাং মতোন যোবকই।
বৃন্দা মথোং মক্তদা খম্বা চাওথ্রাক লেপউরে।
খোয়ুম মাগী নোংদম্না চংউবেদো খম্বদো—
শিল্লংগানি হায়হনা; চিংখু-নহা তেল-হৈবা
য়াংবা-নহা পাঞ্জুম্বা যুববাজৈ মযুমদা॥
চিংখুননা ফমেন্দা ভিকি ওমচারহুদা
তোংজৈ থবুং শাবনে সনা খোম্বা হিদাকক্ষু
খুদোং চেপ ফান্নবই তাংজ লৈদ লকতুনা॥
মাংসোক উখোক তেন হুদা ফমই নুবা ঙাহনা
মজাই বেম্মা থোইবীনা লৈবাং থম্বাল ওইহনা।
পিথ্রাই সমুক মাঙদা-থা মোল্লাং যাইদা চল্লমই।
ঙাংবা তেন্দু লৈফম-ভাঙ 'মুবা-চিংলাই-শানা থেক্
'চৌবা ওম্যা মান্ন-যেক্, কবা যেতুম অপিখক্—
যেতুম মনা অহ্নদা কাব্রং লজা য়ান্নিল্লে.
ল-খল ভরেং তরানা চবৈ ফনেক লোল্লমই।
মনাই সেনু কৌবিনা কাব্রং লংজা খাইবমই।
নুবা মপু মনাইদো অনিস্সু তুং-ওন্থোকই।

যুবারাজৈ স্নমাংদা খম্বা ঙাহাক লেপ্লকই।
নিংথিজবা পুম্ব-সে য়েংই স্নম্ মথং মথং।
ময়াম অসি উবদা—"চাওথ্রবোইদা নিপা সে,
মরন্-মকস্ লৈথ্রবোই! নুরা অনি অসিদি—!
মাযথোং তা-দি উদ্রিকো তুংয়ান-তাব-আসদি—!
ফজথ্রেদা শম-সিদে! নিংথিজৈদা শাংথ্রেদা!
অম-সিনা খরদি — অনি অসি হেন্নরোই!"
নুবা অনি উবদা খল্লি নোংয়াই য়েংলকই॥
ত্রিদাক মৈথু কামথোকপা মায়থোং থাংগৎলকপদ
কৈলাসগী চিংয়াইদা শিব মানা লেপ্‌পগুম,
নোংযাই মানা লেপ্লম্বা চিংথুবনা ইরুং।
খংপ্রেক খংই চিংথুবা পুমচক ঙকই — "কবিনো"
ফজেৎ-চাকচা অসিদে অচাওবনা কাবনো!
মিৎতা নাতা সিনদি মাড্র মক্তি ওইবগ্নোই।
লোইবী চিংদা তোংজবা তাওব কনাগুম্বনা!
হাওান হায়াস কদায়নো নত্তে হায়াস মচি-নু
নাওং নাতা অসিগা চিংউ কনাগুম্ববা।
অচম্বদি ওইররোই চানাবরগে লাকপরা—"।
স্নমা তবা থোক্ল-হেক খল্লে খম্ব-উবদা॥
ঙাহাক মিকুপ খল্লগা—"ইপা! নংবু কনানো?
করি লম-দৈ লাকপগে, কবি দোবা লাকপগে?"
স্নমা রাহং স্নপ্রক্র হংবিরকই খম্বদা।

স্থূত্রে চরা হেনগনি, লাইরবগী অরাবা !!
মতিক চানা লৌগে হায়রুরবস্থু স্থূঙল্লোই !!
নপোক-ঙৈগী স্থূরক্তা নপাংগন্নাদ চাওবা,
রাব-মখৈ স্থূরুরো নবুকনাদ চাওবগী
থোকচরকপা অতনা লমজা নবুক খন্দবো !
নোংয়াই করম তৌগনি ! কেগে মোইরাং লৈপাক্তা
তাংথ্রবনি নহাক্তি। খুমন নংগী শকতুনা
শিল্লংউনি কনাদা। কমদোসবা ইবুংঙো।
নোংযাই নতৌ অসিবু ইচেম য়েংবা ঙমদরে !!"
খাল্লি রাদ ঙাংদরি। নুবা মিৎলু অনিদো
পি-না পুমথুম থুম্মকই। নোংয়াই মায়থোং য়েংঙমলে
স্থুন্না লৈরে খমন্নুদো। খম্বা মানা যেং ঙমদ্রে,
মচেম তুবু য়েংতুনা— "ইমা শকপা ইচেম-হুন্দ।
কবি চিংনরুবগে ! কেগে মচা লখানি.
মোইরাং-লাইর' কয়ানি, ঐদা নত্তে রারুনু।"
হায়না মচেম থেমাজল্লি। মোপ্নাই রাহু তাবগা
তুনা থোইনা রাখরে — খমন্নু লৈবা ঙমখিদ্রে।
কেগে মোইরাং লৈপাকতা পন্থৌ মানা পাল্লম্বা,
অকাবদা শগোন তোং, অকুম্বদা দোলাই তোং,
মপা মমা লৈরাদ স্থুম তৌরোইদবনিকো,
ইপা তুগী মচানি খম্বা ! লাইবক থিদকো !
স্থুম্না কয়া খল্লগা মমৈ থংদা মচেম্না—

'চেমগী ইবুংঙো চংলো ! নোংখাই ঙসি য়েংঙু খো !
হায়বিরকই । খন্নদো — হবাওজরে নুংঙাইজৈ ।
'হোয়নে ইচে" হায়ব-সাই । মচাদ তুমিন য়েংই ।
পাখং লিবেল-লীতোম পোক, লীচৈ মতুপ অমবু,
খুমনা খুংজা পায়খৎলে । সেগাইনবা ঙবোংমা
পাখং নমদা ইনখৎলে । 'মোৎপা খুদৈ অমা-শেং
খন্না মচেম খুনাম্ম লংজা মচা থোরক্লে ॥
তোজং রাংমা লান্দুনা চেগৈ পান্দান য়োবক্লে ।
খন্ন-চপ তেক লেপটব লীচৈ খদাং শোত্তুনা ॥
মোইবাং কনাই ময়ুমদা শিল্লংসবা খল্লকই,
চৎকদবা মায়কৈনা খুমন মানা য়েংলকই ।
মায়কৈ সিদা অস লৈ ইনাক খুনবা মাহনি,
হায়বা পূম্বা আসদ খদ লমজা অহুদি ॥
য়ুমথোং অনি স্নদি লাক্তুদবা মতাক্কি ।
'কেগে মোইবাং খুলক্তা কোয়না চৎকে য়েংলগে ,
মশন সংগোন পল্লম্বা য়ুম্বান কৈবান নুংঙাইবা,
চংগে মতা য়েংহনা' — খল্লে নোংযাই মবুক্তা ॥
খোয়ুম মানা পুবগুম থুংফম মফম খংদনা,
মমায় কৌব্রু পাংলপ্পা লমজা খন্না চৎলক্লে ।
লমদম খব চৎলগা তোজং অমা থেংনরে ।
খুমন মানা য়েংবদা নুংঙাই-যাইফ-ওইনা-উই ।
মশন-সংগোন থন্ন-লৈ, সংগান-সংসাং খুংন-উই ।

"ইনাক-খুনবা হায়ববু সিনিদনা লৈরেদো।"
খল্লহুনা খম্বদো চংজরকই য়ুম হুদা।
নোংয়াই কোয়না য়েংলকই—'হৈন লৈনা হৌরিবা
য়ুম আসনা নিংথিবা ফজবিবা চাওরিবা!
সল-অসিনা য়ামইবা; খুনথ্রবোইদা নিপা-সে"
খল্লা, য়েংনা চংলকই, সুমাং মতোন য়ৌরকই।
বুন্দা মথোং মক্তদা খম্বা চাওপ্রোক লেপউরে।
খোয়ুম মাগী নোংদম্না চংটবেদো খম্বদো—
শিল্লংগনি হায়হনা; চিংথু-নহা-তেল-হৈবা
য়াংবা-নহা পাঞ্জম্বা য়ুবরাজৈ ময়ুমদা॥
চিংখুলনা ফমেন্দা তিকি ওমচারহুদা
তোজৈ থবুং শাবনে সনা য়োম্বা হিদাকফু
খুদোং চেপ ফান্নবই তাংজ লৈদ লকতুনা॥
মাংসোক টখোক তেন হুদা ফমই নূবা ডাহুনা
মজাই বেম্বা থোইবীনা লৈবাং থম্বাল ওইহুনা।
পিথ্রাই সমুক মাডদা-থা মোল্লাং য়াইদা চল্লমই।
ডাংবা তেন্দু লৈফম-তাও 'নুবা-চিংজাই-শানা থেক
'ডৌবা তমথা মান্ন-থেক্. কবো গেতুম অপিশক্—
যেতুম মনা অহুদা কাব্রং লংজা য়াম্ভিল্লে,
লংখল তবেং তবানা চৈব ফনেক লোল্লমই।
মনাই সেন্নু কৌবিনা কাব্রং লংজা খাইবমই।
নূরা মপু মনাইদো অনিস্নু তুং-ওস্লোকই।

যুবারাজৈ সূমাংদা খম্বা ঙাহাক লেপ্লকই।
নিংথিজবা পূম্ব-সে য়েংই স্তম্‌ মথং মথং।
ময়াম অসি উবদা—"চাওখ্রবোইদা নিপা সে,
মবন্‌-মকম্বু লেপ্রবোই! নূবা অনি অসিদি—!
মাযথোং তাদি উাক্রকে। তুংযান-তাব-অসিদি—!
কজখ্রেদা শম-সিদে! নিংথিজেদা শাংগ্রদা!
অম-সিনা খবাদি — আন অসি চেন্নবোই!"
নূরা অনি উবদা খল্লি নোংয়াই য়েংলকই॥
হিদাক মৈখু কামথাকপা মাযথোং থাংগৎলকপদা
কৈলাসগী চংযাইদা শিব মানা লেপ্লগুম,
নোংযাই মানা লেপ্লম্বা চিংখুবনা নীকন।
খংপ্রেক খংই চিংখুবা পুমঙক ঙকই — 'কনি না'
ফজেং-চাকচা অসিদে অঙাওবা কনিনা!
মিৎতা নাতা সিনাদ মাত্ত মক্তি ওইনম্মাই।
লোইবী চিংদা তোংজবা হাওব কন গুম্বনা।
হাওন হায়াস কদাযনো নত্তে হাযাস মসিন
নাও নাতা আসগা চিংউ কনাগুম্বরা।
অচম্বদি ওইরবোই চানবিগে লাকপন।—"।
সুম্না তনা থোক্ল-হেক খল্লে খম্ব উবদা॥
ঙাহাক মিকুপ খল্লগা—"ইপা! নংবু কনানো?
কাব লম-দৈ লাকপগে, কারি দোবা লাকপগে?"
সুম্না রাহং সুপ্তরা হংবিরকই খম্বদা।

নোংয়াই মচা লমজানা — "ইনাক খুন্‌বা ইবুংঙো !
ঐহাক মোইরাং মচানি, শিল্লংজগে লাকপনি।"
হায়। খম্বে পাওথুম 'ছুদা — যুবরাজ ঙকখরে।
পন্থৌ ইনাক খুনববু ! ঙাস নুমিৎ অসিদা
সনবু শেঙ্গু শেঙ্গগে, লৈপাক তৌরু তৌজগে।
রাই-বু তৈরু তৈজগে, 'ছুগী মমন থোকপ-দা,
পিনবিয়ু ঐহাকপু" লমজা 'মুক্সু হাযবকই।
যুবরাজই সংগাইদি মরাক থোক্কী মরাক থোক্,
মপানা হংবা ছুদা থোইবী সেনু-ছুমা-লৈ।
ইহান হানবা খম্বগী খুমদোরকপা মরৈ —
'পন্থৌ ইনাক খুনববু' হায়খিবদু তাবদা,
নোরিংবনা লোইখরে — য়েংনিংঙকই শক অদো।
থোয়রুম মোমোন নোক্তুনা, নূরা সাজ মিৎতাগী
নুংশিরবী মিৎনহা মপাদগী কোইরুরে
মিৎচি রোমদা লাকপদা সাইনা নাখন্‌ ওইদুনা,
থিংখিবদা য়াদরে অচুম ফাওদোকখিদুনা
মিৎনহাদি মরিদো খম্বে নাক্তা থুংখরে॥
কোরৌ নোংদোন খেৎনা অরাংবা পামল মতান্দা
ইরোম লোম্বা উতোন্দা শাৎচরিবী লৈরাংনা,
শিঙেন-মপুং ফারবা ফুগাইননা শাৎলবা
মতম তাঙ্গা ছুমক্তা খংহৌদনা তেকতুনা
তারকপগুম লৈরাংনা মালেম লৈকং থক-তুদা,

পাম্বৌ মাংগোল-লাংথুদা থোইনী লৈরে তাখরে ॥
লদা চংবা লাইহুলাগুম মতি-মথাই চমখবে ॥
লেথোক'সস্থু ঙমদবে লৈসিনবস্থু থাদরে।
ঙ ং'বগুম থু'মন্না কিদম খম্বা যেংহুনা
লৈবে মজা ইবেম্মা তোযনি মাইনি হাযখিব্রে ॥
মন ই সেন্নু কৌবিস্থু "হাইমা—কৈনো অসিদে!"
হাযবম্মগা যেংহুনা তু'মন অতুম লৈথোক্লে ॥
সনজা খম্বা মহাকস্থু, মখোদগী মকোক-ফাও
মতু চু'ই, খন্নকই — "ফজত্রেদা নুবাসে!
নুংশত্রেদা কাবনো।" ইঃ হাযবা রাখন অতু
লেংহনা ইমান মান্নবে। কাব 'মতা ঙাংনদে ॥
সুম্ যেংসিল-যেংসিন্নগা অস্তুম মফজাসন্নক,
ফজবদা নংঙবা নুংশিনফম ওইববা
খুমন কুচু-কু'মন্নে শাবানহুনা ফজবা
মিংথু- গংই মিং-ঙদা পিস্থুম যেংই থু-মচাই।
চিম্বান যাকা-ঙকশম-কোক যেংউ যেংউ মফমদা
ইথোং-থোংবা যাদবা নোংশা চবাম নবগুম,
খাজিং চিংশা মাপন্-বু কোংগ লোক্তাক ইয়াইদ'
লোইবী মাবু ফুন্নগা ভুম্ববস্থু ঙম-দোগুম,
খথৈ শাও' উবদা কিজ্জরক্লে চিংখুবা ॥
"খেন্দে চাইবেন-নত্রগা খুবাই লাইবেন লোমদগী,
লাইবু থোইবা অকনবা কনাগুম্বা গুণ লৈবা

অম'ম-ত্নন্ ওইবত্রা! কেগে মোইরাং লৈপাকপু
মরম লোইচন-থাগেদি লাক্লবরা কবিনো!
ওইক্ষম্ থোক্তে লাই-মক্তি নুংথিন সিদা লাকপদি!
মোইবাং মচা ওইরদি করম খঙেগাই ঐবুদে।"
অসি খল্লে চিংখুবা সনা পুকনিং চিংনরে॥
খুমন মাবু যেংলগা — "কম্না ইপা নহাকপো?
মোইরাং লমদম কদাযদা লৈবগেনে হায়্রবা?"
হংই। খম্বা মাহুদা — "ইপা মানবা ইবুংঙো!
মৈবম-পাংলপ ঈবিবা ত্নবেন-'নিগী মবক-সি,
লমদম সিদা লৈবনি।" খুমজরকই খম্বনা। —
"ত্নদি কৈনো নক্লরে — অঙাংমক্ল নক্তবে;
নীবু নংনা কবম্না খংদে অস্নপ কুইবদে? —"
"ইপা ইনাক খুনব-ও! চুমই তাকপিরিবদো,
ননাই ঐাদ লমজানি! ইপা ইমা খংহৌদ্রে?
ইমা মশক খংহৌদ্রে লৈকাই মীনা য়োকপনি।
মোইবাং খুন্দোন অমদা ননাই ঐাদ লৈক্লরে।
অতুদগী অমুক্কা ইমুংতুগী মচাগা
নিংঙাই শাংদনবদৈ ননাই লমজা থোরকই।
চংক্ষম লৈজদ্রত্নন৷ লোক্তাক লোমদা কুমথক্তে!
হৈকক-থরো চমুনা তরা নোংখন্‌-নরকই।
লোক্তাক হৈকক এল্লীনা সেলৌ মথেল-লাংচকই।
কুমজা কয়া লেল্লরে। ঙরাং লুমদাং মখৈদা

মোইরাং খুল্লক যৌরকই। সিনা খংজদবনি।"
খুমই লমজা খম্বনা। রাতৈ অসি তাবদা—
নুংশিখবে চিংখুবা চাননা থরাই শোক্লে।
"লৈপাক সিগী সিগুম্বা সিবু যোক্ক থিদবা
তোল্লি তোল্লি চিংখুবা।" সুম্না মদোম খল্লক্লে॥
'লাইবরসি য়োক্লগে' খল্লে সনা পুক্লিংদা।
মখা তাবা হংলকই - 'নংদি কযুম মচানো?
পম্থেম পম্বো কোলোইদি কাব কৌই খংবা?
পাখং নংগী নাম্বংনা করি কৌই ইবুংঙো?
নচিন ননাও কযা সুই তাযু তাযু মতাসি?—
পম্বৌ মানবা ইবুংঙো। পান্থম পম্বৌ কোলোইদি
খংজদাবে ননাই ঐ ইচিন ইনাও লৈজদে।
ননাই ইদোম পোকপনি ননাই ঐদি খুনাগ্নে।
ইমিংদি খম্বা কৌজৈ।" তাযনা খম্বা তাবজরে।
"ঐনা চিংনকুবদি চুমদেদনা" খল্লগা,
নুবা মজা ইবেম্মা থোইবী সেনু অনিব
চিংখুব যেংলকই — তায "কবিনো নহোয় নিবো
যুমদা লাক্ল-কৌবদি, অদু অদা খিববা!
ক্ষিদা থাবা হৌনৈনা খংদেদকো ইচাশা।
মোইবাং মচা অসিনা কযা কুইবে লেপইবা!"
পম্বৌ যাথং তাবদা জ্ঞানহাইদেৎ তাজবক্লে।
মনাই সেনু য়েংহনা—"নূবা খোয়বোয ইতাবোই!

তম্নুম সেনু হৌগৎলু! ইতা কিদা লৌথোকউ!
কোকসি ঙাওবনা ঐদি হৌগৎপা ঙমদরেদো!"
সেনু তম্না চংডুনা কীদা অমা লৌথোক-উই।
নুরা অনি' নাক-ওইনা কীদা অত্থু থাররে
মাংসোক থংবা অদোমদা। "কম্মু কম্মু ইবুংঙো।"
হায়বিরকই চিংখুবা। চংসিল্লকই খম্বদো
মকোক কৎলি কীদাদ্র চিংথোকই খজিকতংদং
চংসিন্দুনা কীদাদা মপুংদা ক্রেক কমজদে।
মচি খব ওইরপ্না খম্বা ইবেন কম্মুবে॥
কীদা লাইবক কৎপসি চাবি মকম সিদদি
যুববাজৈ সংপাইনি। অতৈম'দা ওইবদি
কনাগুম্বা অমনা মভম খোংথাং ইন্দুনা
তৌদবস্ত মচৎনৈ। নুংশিখরে নুমিৎকো
'খাযুম মানা সিনবনা তৌবিমথৈ চারুরে।
খুমন মতৌ উবদা চিংথুবনা খল্লকই-
"হাই-হাই লমজা অসিদে! করি মনিংখিজনা।
মাগী থৌগল লোন্সিদি ঐথোইমন্না খঙত্রমদে।
পক্কৌ পা-না লাংগোন্দে পল্লেম মা-না নংঙোংখা ক্রু
খঙেঙাইদবা খনবাদ কনা তাম্বারিবনো!
ওকই খম্বা উবদা। খুমন মানা কম্বসি
নুরা মজা ইবেম্মা থোইবী য়েংবা ঙমদবে।
নোংয়াই মতৌ উবদা 'মুনবা মরোং কেন্ জ্রেম্মা ঃ

পম্খৌ মাংগোন খেঙ্জংলাং উখোক-তেন্দা ঙাহনা।
চেদা য়েকপ মূর্ত্তিশুম লৈরাং তুমিল-লৈরকই।
থমোই লৈকোন-নুংদগী লৈরাং তন্না হেক্লকলে।
লৈরাং পরেং লেংখরে। নূরা সনা খুৎতুদা
পরেং লৈরাং পায়রকলে লমজাই মঙক অহুদা
লৈরাং অহু হুকউরে। নূরা রাখল চাওবীনি
রাখল মচেৎ অমতা তৌজহৌবা নংহৌদে।
রাখল পূম্বা মাংখরে থোইবী মদোম ঙাইহৌরে।
রাখল চাওই হায়বীদো য়াই-চারবা ঙা-শুম্না,
পম্খৌ মাংগোন ইপাক্তা নূরা মাদি তারকই।
নূরা পোকপা মপানা — "ইবুংঙো! তারিবরা?
মোইরাং লমজা নহাকপু, কেগে চাওবা লৈপাক্তা
চিংখুবা হায়বা অদো মোইরাং নিংথৌ-মনাওনি।
লৈপাক সিগী মপুনি যুবরাজনি মাদো।
মাগী মমিং তাবরা?—হোয়, ননাই ঐহাক তাজে।
শুন-লৈ হায় ইবুংঙো, ইপা মানবা ইবুংঙো।—
তুগা 'মগা তাবরা? মাগী মচা নুপীনে
থোইবী হায়বী অমগা মশক য়াম্না থিগ্রবী
লৈ হাবদায় অমসো, মাতু মস্থু তারিনি?—
ননাই ঐহাক তাজে 'তুবু মাসিদা খিৎ খেনৈ।
মজাইবেম্মা থোইবীদি ননাই ঐনা তাবদি
মোইরাং লৈপাক অসিদা য়াম্না কজে স্মুম ভাই।"

খম্বা মাসি হায়রগা হন্না য়েংই থোইবীবু।
"মহোয় সিবু ওইরব্রা।" হায়না থুকলে খম্বদো॥
লাংগোই লাবা মিৎতানা য়েংথোকউবা অহুনা
শাদানবগী তেন্দোংগী মচিন পাব-তেন্দি ওই,
কোরৌ থক্তা পাইবা চেকলা ওইরে থোইবীদো।
তেল-অহুনা পান্দুনা চেকলা লাযুম কায়রক্লে।
হকচাং তনিক তনিকই লৈবা ঙমদে থাদোইদো॥
খম্বা মরু লুকথখি খুদক অহু মক্তদা
যুব্রাজনা খম্বদা — "লমজা য়েংউ তাবরা ?
ঐনিন-হাই ইবুংঙো !— ননাকতগী নুপীদো,
শকাথবীদি হায়রিবী থোইবী হায়বীদো 'হুনি।"
হায়রে। মাসি তাবদা লমজা খম্বা কৌবদো,
মাগী মিৎলু অনিদা পিনা পুম্-থুম থুমখরে।
তাংজ লৈদা লুকখরে খম্বা মশা নিকখরে।—
হাই হাই লমজা মাঙঙেদো! ইমা শকপী ইচেগী
লমজা সেবা ঙম্বরা যেংজগেদি লাকপনি!
লমজা ইচিন ইপুরা কায়নরোদি তমগ্রবোই!
ঐবু অসাই মখৈদি দোষ মপুং ফাহনগে,
মপু মানা তাক্তবা মতিক চারে হায়হুনা
তাকথোকপিরে হৌজিক্তি। লমজা খম্বা মাঙঙেদো।"
হায়না খনগ্রে খম্বদো॥ মনংগন্দা ইল্লম্বা
চরৈ ঙবোং শেপ্পাইবা খম্বা ঙক্তা য়েৎলক্লে।

নোংপোক কোংয়াং রাচৈশু, মিরেন হুক্কবা চৈশু,
মালেম থক্তা তাবগুম চৈশু লৈদা কৈহুনা
লমজা খংজদবদো মপু সনা চোরন্দা
তুরে হিক্র-কপ্তুনা। — "ঙাকপিয়ুকো লমজাবু !
ননাই খংউদবনা য়োনখরেকো !" হায়গনা ॥
খৈম্বে মতৌ উবদা রারে চিংখু নহাদো ।
"কিখ্রবোইনা মহাক্তে" খংবিরক্লে মপুনা ॥
"কবিগীনো লমজা-ও ! কৈদৌদনা কপ্লুরি !
খংদববু কবিগী ! কবি দোষ লৈদনা !"
হায়না সনা খুংমক্লা চিংখৎপিবে খম্ববু ।
"ক্ষমু কবি দোবগে" হায়না খম্বা ক্ষমহল্লে ।
চিংখুবনা মচাদা — "নুরা নাখোই অনিনু !
ইপাই' ইবেম্মা তাবরা, চৈন শৈজোন অমান,
ইন্নবা চবৈনে কোয়েং নিংথিব 'নান,
লৌথোকদৈরো ইপাদা ! কংসি লমজা অাসদা !"
তাক্পিবকলে চিংখুবা ॥ স্নুন্দা তাওবা কদ-তুনা
তুপ্লৌ মতোল অমদা কঙণী কায়দোঙ ওইবগুম
মপাই রাহু তাবদা থোইবী পুক্লিং নুংঙাইদে ॥
"ইপাই 'বুংঙো ! লমজাদা কৎকদবা চবৌসি
ঐগী লন্নাই চরৈনা তৌজবগে পঙ্খৌবু ?"
হংগৎলক্লে মপাদা । কৎলু হায়না য়াবিরে ?"
থাদোই লেংশিনখিহুনা চবৈ অদো পুরক্লে ।

চংবী হাওত্রা তাংদনবী লাত্তোল অমা থক্লুরে ।
তাংগ চাওনা য়াংতুনা চবৈ অতু হাপচরে ।
নূরা মবুক নিংতুদা "পাখং নংগী কাত্নদা
নূবা ওইবী থুংজগে।" হায়না নিরে খম্বদা।।
লাংবন থাগী পৃথিথক নাপুং কারা খতুদা
মুগুক মুবা নোংছুনা লৈপাক শোক্লা চাইবগুম
মুনা চুম্বী শম্লাংগা ভকশম তোংদম চেপ্তুনা
খম্বা মাবু খুবম্মে থাদোই মানা নুমিৎতো ।
চবৈ অতু কংচবে — খুমন মানা চোংথবে,
কীদাদগী লৈপাক্তা - থাদোই মাবু ওকচবে ।
"থৌজানবিয়ু লমজাবু অযোল অবান খিবক্তি
কোকপিয়ুনে !" হায়তুনা চবৈ অতু লৌতুনা
যুববাজৈ চোবোন্দা খম্বা অমুক কংলুরে ॥
চিংখুবন "কাবনো ! ইচা' পিবা চবৈসি,
লমজা ননিং থুংদবা ? কৈদোহুনা তনবগে ?"
তংবকই খম্বদা । — "মপুই কিমন ওইনাদ
কংজনিংউবদগী কংচবনি চোবোন্দা।"
খুমই । মাতু তাবদা অমুক তেম্মা নুংশিত্রে।
"লৌজবোকো" হায়তুনা শোকপি সনা খুৎতুনা।
চবৈ অতু লৌশিল্লে। তংগৎলক্লে খম্বনা—
"ননাই ঐবু চোবোম্না থৌদা 'মতং পিবিয়ু!
শিল্লংজগে নিঙওকপা লমজা ইবুক ,অসিবু

থুংহনবিয়ু মপুনা সনা চোরোন ঙাকপিয়ু।—
"লমজা করি য়ানোদা! নংনা কবি চানিংবা
মাহু হায়ু ঐঙোন্দা কবি শিল্লংগদগে!
চংশ্রগনু নংনেকো ঐগী সিদা লৈরসি!
ঐগী পুক্কৈ লংগৈসে নংনা লোইনা পাম্লবো।
চুমশ্নু শো-স্নু পাদগনি কবি শিল্লংগদগে!
চংখ্রগনু লমজাকো? লৈরো ঐগী অসিদা!"
তাকপিবক্লে মপুনা। য়াসি হেক তাবকপদা
মজাই বেম্মা থোইবীনা — "লুংঙাইখরগনিদা
ঐখোই সিদা লৈবদি মোইবাং লমজা অসিনা
যাবকউমা খোয়ুম-ও" থোইবী লাইবু থুবম্মে॥
খম্বনা "সনা চোবোন থৌগন ননাই লম্‌জানা
তোজগনি মপু-ও! পলেম পন্থৌ লৈবম্বা
লাইব-খাংপোক-সংত্তবু থাদোকপদি কুইজরে।
য়াবা শেমজিনজকগে, 'মুক্ত যেংজরুখিগে!
তন্না হুঞ্জবক্তনা তৌজবগ থৌগন-সি,
পিনবিয়ু ঙসিগী ননাই ঐগী সিন্থা 'মা।
ছগী খবা পিনবা মাহুতনা ননাইদি
লংজা ইপুক পেনজগে" হায়জবক্লে খম্বনা॥
মপু সনা পুক্লদা - "চুম্মি ময়ুম কৌবনি,
চংলুসনু ঙাসিদি লমজা কোম্না য়োক্লগে।"
খল্লহনা মপুনা— "কবে হুদি ইরুয়ো!

চরৈ অহু হোংদোকৃও, করিগুম্বা খরদং
চারগা নং'ঙসিগী সিস্থা লোকো নহাক্কা।
নখুৎ মক্কা থোংগেরা, ত্তরা খরা চারগা—
ক্কোরৌ মতম থেংলক্লে" ; তাকপিরকই চিংখুবা।
মজাইবেম্মা থোইবীনা— "ঙসি নুমিৎ অসিদা
য়াবিহুনা মহাক্কা থোইবী ইখুৎ অসিনা
তরা থোংজরহুনা কৎলবদি ঐ অসে
পেনগ্রগনি ; করম্নো য়ারকউকো থাংজিং-ও।"
শুম্না অমুক খল্লকই। খুমন মানা— "ননাই ঐ
চাবা থকপা কোঞ্জগে সিন্থা হান্না লৌজগে।"
হায়রে খম্বা য়াদরে। য়াবোইদৌবা মতৌসি
উরহুনা মপুনা— "ক্ষরে হুদি ইরুবো।
মাসি ক্ষাওবা য়াদ্রদি নুংঙাইররোই ঐহাক্তি,
নক্ষীদদি হোংদোকউ।" হায়রে খম্বা ইরুরে।
হান্নৈ চরৈ অমনবা তাসিন্দুনা থনম্মে,
তম্পাক য়ুমগী লোইশংগী ইমুং মচি অমদা॥
অহনব-হু হোংহুনা মপা মচা অহুম্না
ক্ষম্মিবা মাংগোন তম্না নোংয়াই মাবু চংলকই—
কোম্ফৌ-ফুবা নুংদগী লোইবী কোলোয় উদয়া
সনা চিংদোম-পোক্তগী কোবৌ চোংথোরক-কুম্বা,
অনিস্থুবা কাম-গুম্বা খুমন শকতু উরক্লে।
অহুম অহু মুনখরে। চিংখুবনা কৌরকই—

য়ুবেঙ্গুমগী পিবা-ও! খুমন মচা খম্বা-লাও!
ঐনা নমিং খোনগেকো ঙসি কোয়ৌ অসিদা!
খুমন মচা তোম্‌পোক-তি কৌরগেকো ঐহাক্না।
হায়রে পেনখ্রে চিংখুবা লমজা মশাক উবদা॥
তোম্পোক হাযবা কোলোইবু খোল্লে ঙসি কোয়ৌদা॥
তম্পাক য়ুমগী মযাম্না খম্বা মাবু কুমৈগুম,
যেংনখরে নুমিৎসি। মযাম অহু চংহুনা
খবদদি চাওগবা হাযনিখবে। যাদরে॥
সিন্থা হান্না পিবিখে হাযনা নোংযাই খাওডকই।
"তুদি ফরে — তোকবে। ঙসি সিন্থা অসিদি—
কাও'বন শনবু শেল্ল'কা, শনজাও 'মা যাও'বিবনি,
থা'দাকটনু মাতুদি যাম্না ভাওবা শান্ন-কো।
মচি লোংখুম ভুকপনি। অঙাংবনি শল-অ'দা।
যোংনা কোব খাবনি খ্বাইগী মযাই মক্তুদা।
থা'দাকত্রবা শন্নি— শজিক হুন্দুনা থমমবা।
পুকম শান্দ কৌবনি লাক-ঙমদ্রবা শন্নিকো॥"
হাযবিবা'ল্ল চিংখুবা— কাওবেন্ শৈল্ল ত্তাকপিরে।
নোংযাই মাগা চাববা শিন্থা অসি থোকখরে।
শন সং লোমদা চংলক্লে থাদোবক্লে শন-য়ামসে।
শন-যাম চৎখিবহুদা পুকম শন সি ভাওরক্লে।
চোংবা থেকপা কাম্বনে শন্দো খুমাং হোংলাক্লে।
শন-মতৌ উবদা খম্বনা যাম্না খুংশিরে।

চৎনিংবতু উবদা থাদোকপিগে নিংঙক্লে॥
য়োৎকী কোকৈ শৎতোক্লে। খম্বা চংশিনখিবদা
চোংসিল্লক্লে কাও-অদো। মানবী চিরেল অতুনা,
খম্বা হাইগে থোরাংলে। খম্বা শাওখরতুনা
পায়রে মচি অনিদো; কোকৈ তুগা পান্নবা,
নমসিন্দুনা খম্বনা ময়াং-লেন্দা খুনিংবা
থিল্লে শংগোন মনুংদা কাও-দো সোর থিংখরে।
কাওরেল্ ইতে তেখরে খুমন চৈথা ফংবদা॥
তাম্থোরক্লে শন অদো চেন্থোবক্লে লমজাওদা!
পুকম শনগা খম্বগা অনি মতৌ উবদা,
থবাক লোইনা য়ৈনরে তম্পাক য়ুমগী মীয়ামদো।
কম্না কম্না চায়তুনা ইঙক ঙক্র লৈহৌরে॥
কেগে মোইরাং লৈপাক্কী মী অপুম্বা থক্কৎলে।
কাওরেল লাকলে চায়তনা চম্না চেন্সিন্নখবে।
কোন্থাং হোজং লোন্নরে, মোইরাং য়ুমথাং লাওনরে॥
মী অমতা চৎতরে লৈবক খুল্লক লমজাওদা।
কাওনা কোয়না চেল্লকলে। চুম্না মীদা নংতনা
কাওবেল মমান্নবা ফাও পুরুম্ শনবু উবদা
কাগ-কাযতনা চেন্নরে। মোইরাং শঞ্জেন-বুংহুবু
কাওরেল তম্না চেল্লকক্লে। কেগে সল্লপ চাইখাইরে
কাওগী মতৌ য়েংবদা খম্বা মাদি নুংঙাইরি।
য়াইয়ু হাইয়ু থোজল্লি খম্বা কৈস্থ নিংচাইদে॥

"ভাওবেদা শন-অসে, নুংশিরেদা।" হায়দুনা—
শঙ্গেন-নাওবাই-মরম্-দম্, সঙ্গেন্-থোংথক অদুদা
মখোং য়াম্লবদুনা ফম্মি যেংডিঙ থম্বদি।
কাওবেল মাবু কিবনা পাংতা চংপা মী মখৈ
লুথুম্ লাংথাক অপুম্বা পাংতা অদুম লৈনরে॥
খুল্লক লমজাও পুম্বম্ম চংনদ্রে মী অমতা।
মোইবাং লৈপাক শাংখবে লোইনা পুমতা তানরে
তম্পাক যুমদি রানবে সনা কোনুং তারকলে।
লোইনা মিপাইনখবে মচেম খমন্ন তাখবে।—
"ইহু নিংখৌ অতবু শিল্লইনি চংখিকো।
মাহুম ওইবমগদবা কনা থাদোকইবনো!"
খল্লহুনা খমন্নদো নুবা মদোম থোবকলে।
ভাইববানা সেংবদা মোইবাং সঙ্গেন থোং-থক্তা
উবে মতম অদো নিপা অমা ফম্বদো।
"লাওই মূর্তি হাপববদি ইহু নিংথৌ মাল্লিদা
মপী সগী হায়বগা মান্দ, নিপা অসিদি
মোইবা, সঙ্গেন-নহাদি ওইবা তাবে।" খল্লকই
নুবা অস্তুম সেংবদা খম্বা মানি ভাথবসি
খাওডে লেগে, ভুমকপু— শোইগববা হায়দুনা;
ভবাপপদৈ খম্ববু নুবা মচেম' কৌবকই—
মোইবা, সঙ্গেন থোংথকতা ফম্লিবদি নহাকপু
ভাবিববা ইবুংঙো। কাওবেন-শিংবু সেনবরা?

কনানোনে নহাকপো" হায়বা মচেম-খোন তারে।
"ঐহাক্কিনে ইচেম-হন" হায়না খু'ম্ম খম্বনা॥
খমনু চংসিল্লক্কু না "ইচু নিংথৌ কবিনো।
নংনা থাদোকউবরা যুবরাজৈ কাও অসে ?—
মানি মানি ইচেম-হন। ঐনা সেল্লিবনিনে
কৈস্নু তৌবোই কিবিনু চুম্না ঙাওজবদনি
ঐনা হায়বা ইনখবে। বেরা তৌদৌ লৈবগা
ফাজিনগনি ঐহাক্না নুংশিখবে শন-অসে,
চৎলো চৎলো ইচেম-হন!—"কবি রানো ইবুংঙো।
লৈপাক বাথোক ওইবনি। তোক্তিজিনখসো ইবুংঙো"
হায়বম্মগা খমনু'দা হনাজল্লকই খুল্লক্কা।
মোইবাং যুমফাং কাক্তনা লোংখ্রদি কাবুনা—
"মোইবাং নুপী নহাকপু শন-ত্রক্রবগনি।
চেন্সিন্নে কোক্কোদা" হায়না লাওই খমনুবু॥
নোংযাই চন্নু চংসিল্লে অমুক নুংশা থিবকলে।
মোইবাং কোক্তো অমদা লৈসিন্দুনা য়েংঙকলে।
নিংথৌ সনা যাৎস্নু—"কাওদো ফাজিল্লু" হায়বা,
চিংখুবদা থোখবা খুনেৎ লাংগোই তোংহুনা
চিংখুবদো থেংকলে —"ওক্কেদবে। অঙাংসে,
খুমন মচা তাবা কওবেল অদো ফাজিল্লো
নিংথৌ য়াথং লাকলেদো ঙম্মরোইদ্রা নহাকপো!"
হায়না চিংখু লাওরকই। "মপু ইবুংঙো ফানি,

সনা পুক্নিং লাবিংনু কাওরেন মবুক থন্নবা,
ঙাহাক চাজখিসনু তৌজবনি ননাই ঐ।—
"ফাজিনবিবো ইবুংঙো।" হায়না য়াথং পিরকলে॥
থম্বা অমুক থিন্দরে। শন-তু ফাগে চংলকলে।
"চিংখুবগী মনাইনা পুরুম শনবু ফাদৌরে',
হায়না নৈপাক নিল্লকলে। নৈপাক ফীঙৌ কৌবকলে।
কুম্মৈ অমা ওইবকলে নৈম-নিংথৌ লেংথোকলে।
পাক হেক ফাবা ঙম্বদো, থম্ব-মানা শন-তুবু
কোক হেক ফাবা তৌদবে। কুম্মৈ ওইনা তৌবকলে।
মনৈ ফীবান শাতনা কাও অতনা চেল্লকপা
নোংযাই মানা তান্নবা— অনি অতু যেংবদা
কেগে মোইরাং নৈপাকী অতাংবা কুম্মৈ ওইবে॥
মানবী চিবোং পাযতনা থোবী কোংগোই হুকখবে।
তম্পাক যুমদা পুসিনখি। "চিংখুবগী মনাইনি
কনখবেদা" হায়বনা মোইবাং অদো নীনখরে॥

# শুক্লবা অহিংগী লূরবা থাবল

শুক্লবা অহিংগী লূরবা থাবল !
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগললগীদমক্তা
পাম্মুদা তিল্লরো নুংশিগা উন্নরো
অমম্বদা নহাকপু ঙাইত্না লৈবিবা ।
শুক্লবা অহিংগী লূববা থাবল ।
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগললগীদমক্তা ॥

নহাক্তা লাকপদা অমম্বা চেনখ্রে —
লৌশিংগী মঙাল্লা থম্মোইদা ফাওবনি ।
শংবানবা অত্যাগী থম্মোইগী মনি !
লুপাগী নঙাল্লা লংহল্লে মালংসি ।
শুক্লবা অহিংগী লূববা থাবল !
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগললগীদমক ॥

লৈতেংলে নহাকী চান্নবা মরূপলোই,
থম্মোইদা ঙাল্লিবা শংবানবা পৃথিবী,
নখোইগী তিল্লবা অসিনা য়াকায়রে
থম্মোইদা মপুগী অথুপ্পা লীলা'হু ।
শুক্লবা অহিংগী লূরবা থাবল !
নহাক্তি লাক্লবোই থৌগল্লগীদমক্তা ॥

হরাইবম্ নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

# খোঞ্জেল্

নহাক্কী নিংথিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল
তানবি তানবি জগৎনা তত্তুনা।
পুন্সিগী যমুনা ঈচেলগী তোর্বান্দা
লেঙদ্রবা উপাল কদমগী মখোংদা।
নহাক্কী নিংথিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল
তানবি তানবি জগৎনা তত্তুনা।
নহাক্কী অঙকপা বাঁশীগী খোঞ্জেল
মালমবু লাংতক্লি মালংদা তত্তুনা।
যমুনাগী লাইজরেনবু তান্থা খোংচৈসে
কাযতনবিদে শাহনবীদা জগোই শাহনবীদা
নহাক্কী নিংথিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল
তানবি তানবি জগৎনা তত্তুনা।
নহাক্কী অঙকপা বাঁশীগী খোঞ্জেল
কোরৌ মপুবু কোরৌ য়াওনহল্লি।
অঙকপা ঐশৈনা কোরৌগী মপুনা
লেপহন্দ লাইজনু শাইওনহল্লিদা।
নহাক্কী নিংথিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল্
তানবি তানবি জগৎনা তত্তুনা।

হরাইবম্ নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

# নহাক্পু কদায়দনো ?

( ১ )

বসন্তগী অহিংদা

লুপা মহিন লাক্পগুম্ লংলব থাবন্দা,
খাদগী লাক্প নুংশিংন লিরিন হুম্বদা
তাইবংমীবাউখোন তাক্রব চিক্রন মতম্দা
মহৌশাগী শৈশক নংগী নগুণ থারক্পা,

নহাক্পু কদায়দনো ?

( ২ )

গুলাপ্থাগী অয়ুক্তা

মালেম-লাইজ ঈপোম্ন আতং চুপ্প চান্খিবা
লৈনাশংযোম্ মবক্ত লোম্ন কিন লোৎলিবা
মালংইগুন ফংনদ তনিক্ তনিক্ হাইরিবা
পোম্শংনব লেবান নংবু যেন নোক্লক্পা

নহাকপু কদায়দনো ?

( ৩ )

নোংজুপাগী নুংথিন্দা

অথযামকোই থম্ন কন শুরু পাঈহুন
তন মালং কুপখিব নোংদোন্ লাইজ মপৈনা
মালেম্ অসি তম্হন খেক্র গুংন চুহনা

নংগী য়াথং পুন্তুন পাপ্‌কী মপৈ চাম্‌থোকপা
নহাক্‌পু কদায়দনো ?

( ৪ )

শরৎকী নুংদাংরাক্টদা
নোংচুপ্‌ চিংয়াপক্ষেদ পক্‌প কোবৌহন্‌বনা
হায়রপ্‌ ঙাংন চাইরক্‌প লৈচিন্‌ফিঙৌপবেংনা
মকপ্পমচু শংলক্‌প শংবাম্নব লৌবুক্সা
নংবু থিব চৎপদ খোংকাপ্‌ শফু কল্লক্‌পা
নহাক্‌পু কদাযদনো ?

( ৫ )

নিংথম্‌থাগী সন্ধ্যাদা
কুম্‌গী উনবৈ ফংবন উনাবানা অপুম্বা
মালংইখাই নংত্তুন মখৈ ফংন কংলবা
উপালৃরাপাল খিবিরু কাঙ্গন মৈশা লাংলবা
নংগী মাইকৈ য়েংত্তুন প্রেম্‌গী ধাবা শিন্দু্‌কপা
নহাক্‌পু কদায়দনো ?

অরাম্বম্‌ দরেন্দ্রজিৎ সিংহ
৭।২।৩৬ ইং

# আবাহন

কোকৃথকী শম্লাং লৈপুন্না

মালেম্ লৈথক্তা চাইতনা

শেমজরি ভক্তিগী নিংজব আসন্দো।

লেংখৎপিয়ু হে লাইনিংথৌ

তাইবংপান্ মপু হে পন্থৌ

পিবিয়ু থম্বাল্ল তিল্লব চরন্দো॥

মিৎস্না থুম্ন হৌবা ঈরা

কচ্চবনি প্রেমগী ধারা

মাংথ্রসনু নাপনগী চাক্লব মৈশা।

নত্তব তাইবংগী মায়া

ওইদব আশাবা মীরা

থাদোকৃচরে অসিতনি ঐগী আশা॥

কদায়নো জগৎকী শান্তি

করিনা নহাক্কী কান্তি

তাকৃপিয়ু অদুত নঙোন্দ নিজরি।

কোকৃথকী শম্লাং লৈপুন্না

মালেম্ লৈথক্ত চাইতুনা

ভক্তিগী নিংজব আসন্দো শেমজরি?

অরাম্বম্ দরেন্দ্রজিৎ সিংহ

থরান কৃষ্ণা একাদশী

১৮৬৬

# মতমগী পাঙ্গল

নুমিদাংবাইগী মতমদা,
নুমিৎনা চিংয়া থাংবদা,
চীংদোন্দা মঙান থেংপদা,
তমযাদা কোরী চেনবদা,
                    মণিপুর য়েংবা ফজৈদা,
নোংমগী কোয়ৌ নুমিত্তা,
হাঙ্গিনবা মতম অসিদা,
চীংঙা চীংগী চীংদোন্দা,
কাখংলকপা ইতোমতা,
                    ইমাগী চেংলৌ য়েংজবা
নোংচূপ পাংনা য়েংবদা
নম্বুল তুরেল খোংনুংদা
ঈশিং লিবি চেনবদা
থোকপা মখোন তাবদা
                    নুংওনবা অমা পোকউরে।
তুরেন ইরেম্মা নুংশিদা
নংদি নমা নিংইদা

কুম্ভিনা কপ্পা মতমদা
নংম্বু য়াওনা কপপদা
হৌজিক ফাওবা তোক্কবা।

মখা পাংনা য়েংবদা
লাংথবাল কোন্নুং উবদা
গম্ভীর সিংহ নিংথৌদা
নরনা ঙাংবা ৱাঙাংদা
তাখিবা পিবু নিংশিংঙি।

নোংপোক পাংনা য়েংবদা
নোংমাইজিংবু উবদা
গৌর ধর্ম্ম মমাংদা
শিব নিংবা মতমদা
থনম্বা খুদম নিংশিংঙি।

অৱাং পাংনা য়েংবদা
কোন্নুং অমনবা উবদা
চীংথং খোম্বা হাকতক্তা
চন্দ্রকীর্ত্তি মতমদা
তৌরম্বা থবক নিংশিংঙি।

মাইকৈ য়েংবা লোইবদা
নুমিৎ থেংলবা মতমদা
লোইরোই লোইবাই কুম্বদা
বুদ্ধ অ লাকপদা

রাখন অসিমা খল্লুরে।

মতমগী ঈচেন লাকপদা
ঈরৈনা কল্লা চেনবদা
অচৌ অশাং মমাংদা
খাংবা ঙমদে অমত্তা
নিংশিংবতদি লৈহৌই।

চিঙাখম ময়ূরধ্বজ সিংহ

# কমলদা

নোঙঙাল্লমদাই তাবা চেক্লা কয়া
তাররি নুংথিল নোংমায় সিদগু—
কোঙয়াঙ রাতোল ফম্বৈনা
খোংলি তেঁ-তুঁ চরোইনা,
পামেল উরাং উকোল্লা
হেক্লি নেঁ নেঁ হারিনা।
নত্রি মখোয় সীদস্থু—
কৌজেং হারৌ শাজৈনা
লোংজা য়াওল ছেয়াংবা,
ঙংজিল নিং-নিং মিরবা
কোরৌ য়াওল ঈরোয়না।

শাংলি কুমাওবা কুমওনবা
তরানিপাল্লা ওইওইনা
নিফুগা তকক রামরকপা
মৈতৈ-সাহিত্য-জগৎকু
কুমাং চনী মম্ভ,ব’ ভুং

নোংনা ঙানফুংদা তৌবরাই
অমম-অঙাল শিন্নরকপা
মৈতৈ ইমারোল য়াওনবৈ
চেক্লা কয়ানা ছৈরাঙবৈ
নখৌ পোঙনা ছৈরাংখিবা
নুংশি খোঙ্গেম্না লোরবা
কাঞ্চী-কোম্নুংদা লাঙ্গোনবা
কদায় কমল চেক্লাদে !
কাঞ্চী-কোনগী চেক-নুংশি !
তারো খোংলি খৌবোংনা
নপাং কয়া কয়ানা
নোঙঙাল্লমদাই তামিন্নরম্বা —
মখোযগী খোল্লেম-খোনরাং ঈপোম লাং
মৈতৈ-মালং ঈওল্লক
উপাল রাপাল ঈয়ৈ চা
ঈওল মাগী ঈপোম লাং
হাইনা ছয়া ছৈইলি।
কৈদৌরিবা নহাক্তে !
ওঃ কাউরুরেকো রারৌগু.........
নথরাই কৎনা ছৈরাঙবৈ
•থম্মোই নংগী ঈরী চেল
পাথখি,

নহকচাং নংগী ঈয়োয়না
চেম্থখি,
নোংনা ফুংদা ঙাল্লকপরাই
নথরাই চেক্লা থং গোম্না
পাইথোকখি,
কোম্না ঈংনা মাঙ্গংনা
মকুপ থুদিং ছৈছকপা
"মতম কুইনগী তুংদা
লেংশিল্লক্কে ইমা মৈতৈ চনু
মৈতৈ-সাহিত্য-মন্দির-মনুংদা ;
য়েন্দাই থন্না লৈহাপ্তুনা,
কৎলুসি ইমাগী খুযাদা।"
ওঃ তারুদ্রেকো রাবৌনু !
ছৈছক নংগী ছৈপানবনা
নমা মৈতৈ চনুনা
য়াওল থোগল ওইনঙাই
মীরক তাল্লক যেংহনা,—
মীতারদি খাঙ্কোনি
মাগী নীংবা কাযবনি—
নোংনা পুমঙাল ঙান্দ্রবৈ
খঙাঙ চেক্লা থেমদোকখিবনি।
শিদ ঈরা ইন্দুনা রে কপানি।

ইমাগী য়াওল থৌগনবা
মপাং চেক্লা কয়ানা কংজনি!
কাঞ্চী চেক্লা য়াইফবা!
য়াইফবদা শরুক্নৌ।
নোক্কন্নুকো পড়িঙদা
নুঙেঙাল ইপাউ তাবদা।
অরাবনা ঈবৈনা।
শুঙাইবনা ঈহন্না।
ইথক তরংনরবা
মালং রাংমা থুভম্বা
তেংবান-মপু-মক্লণ্ড
তাইবং নুঙেঙাল অৱবা
মিহৌবনিকো কাউগনু।
অপাম-পামদ-নাইত্রশু
থরায় কৎনা লৈরাংবা
লৌবিবনিকো নীংসঙঙ,।
য়াইফৌ চেক্লা য়াইফবা,
কাঞ্চী কোনগী চেক-লুংশি!

মীনকেতন সিংহ

# বিবেকানন্দ

কনানো শুক্রা মমগ্রবা নোংঙান্দবা অহিং মতম্ 'মদা
নতোমতা নপাং য়াওদনা, সমুদ্র ইরাং লান্না পাইখিবা ?
অঙকপা নঙগী থোইনশিন্নি, কবি পাওবু চেনগে থোবাংবনো,
ঋষিনা শেম্বা ভাবতমচাশিংনা ম্লেচ্ছগী খুয়া উফুল লেক্কনা,
ইপা ইপুশিংবু নবক্কা চিংথববা, মীরম্না ইরন শানববা,
লৈখা তারবা ভাবত মচাশিং উবদা স্বামীগী থমোই কায়গ্রবোই।
আত্মাগী শক্তি চাযেংগে হায়না ঋষি মন্ত্র শোল্ল-শোল্লদুন।
৯৩ নত্রা স্বামীজী লোন্না চেনখিবা, নরৈবাক মচাশিংনা ভূম্রিদৈদা ?
মালেম পূম্বগী ধর্ম্মসভাদা বার্ত্তোন তৌদবা নোংপোক্কী মীতুং ওই
জগৎকী মঙ্গলগীদমক্তা বেদগী মক্ত্রবা ধর্ম্ম শন্দোকপিরম্বা !
ফিশক্তব। ভাবত হায়না জগৎপূম্বনা নোক্ল-হঙ্গোইরম্বা
বেদগী ধর্ম্ম নচিন্দগী তাবদা জগৎপূম্বনা থাগৎনবে।
চহি লিশিং কয়া কয়া পূকচেল পিকপগী কোমদা লুপ্ল,বী
লাইবক থিবী ভাবত মাতা মপারী বিবেক্কী মপান্দগী
ঙসি মাইথোং মকাবাম্না অনৌবা আশাগা য়াহৌরক্লে।
ধর্ম্মগী মিংদা অধর্ম্মনা তমথিবা শউন শাজৈ পায়দুনা।

লাইগী মচাশিংবু ওৎনৈরম্বা অমম্বা অহিং অসি নোংঙাল্লে।
থম্মোইগী শেংলবা মন্দিরদা স্বামীজী ইরাচ্চরিবৈ
হায়য়ু কবম্বা অন্যায়বু কিগনি ঐখোইলাইগী মচানা?
ইস্পাৎকী শিংলি হকচাংপূম্বদা চেল্লি ইচেন কল্লা
য়োৎকী পাম্বোম, য়োৎকী থবাক কনাবু কিরুনি ঐখোইনা
ধন্যনি বিবেক পোকপী ভাবত মাতা, ধন্য ওইরে ঐখোই পূম্নমক,
স্বামীনা তাকপা মন্ত্র শোন্দুনা মীওইবা সমাজ লিংলসি,
জগৎতা শান্ত পুবরুবা বেদগী ধর্ম্ম তমলসি।

খুমন্থেম গৌরকিশোর সিংহ
তাং ২৯।১।৫৭ ইং

# কায়দৌরে পৃথিবী

থম্মোইদা নুংশিবা পোক্তবদা
আইন্না নুংশিহন্বা ঙম্দে মীওইবা
থম্মোইদি ইশেং-শেংদনা

রাঙাং ক্ষজবা ঙাংহুনা
তরাম্ তরাম্ তৌশিন্নহুনা
পান্দা নুংশিবা শাবনা
কয়া কুইনা হিংগনি
লোৎপা য়াদে — শেংদবা থম্মোয় লোৎপা য়ারক্তে

চিন্দা ক্ষনা ঙাংহুনবু
কদৌননি থম্মোইবু য়াওদ্রবদা —
করি কান্ননি রাশক্ !
কদাইদগী লাক্কনি বিশ্ব-প্রেম
কনানা পুরক্কনি একতা
করি কান্নগনি পঞ্চশীলা
কনানা রায়েন্ তৌরনি

পুন্নমক্ অরেম্বনি অবেম্বা

চিন্বানা থাংদা পঞ্চশীলা-শান্তি-প্রেম্ হায়রিবৈদা পৃথিবীদি থুমদোরে

যেংঙু, পৃথ্বী শিন্বা থুংনা
পুন্নাঙ-লাঙগ্রে মীওইবগী থম্মোই
মশাগীদা ফনবা য়েংবনা
অচুম অবান্ থিদনা
মানা মানা নিঙবনা
অচুম্বনি খন্নবনা
নাক্পাক্ নাকপাক্ লেপ্তুনা
ঈ কানা ঙংনবি — নঙনা কৈদা এনা কৈদা।

অশাঙবনা মাও ওইনবনা
অশোন্বা মথাম্থু সেংখিদরে—
লাইথিগুম উখবে মীওইবসে
পৃথ্বী তুমগে তুম্নসনু
উফুল্ ওনগে ওনথ্রসনু
ঙম্লগা লোইবে খন্দুনা
কন্না অঙম্ তান্নাখবনা
তাবিখিদবে অশোন্বগী খোঞ্জেল্— পৃথ্বী তুম্বা তাবে লাউজবা।

তুংগী রাখল্ তৌদবে
পুথোক্লগা লোইরে খন্খ্রে বৈজ্ঞানিকশিং —।

ঐখোয়না হেল্লে মতাগুম্
নুংশিৎ নুংশা খিংহনা
পৃথ্বী মগুং তাহন্‌বা
নুমিৎ থা কাপ্‌খাইবা
ঙল্লদরা চাংয়েংবা উবদা
মীওইবা পূন্নমক্ — থম্মোই নিক্লা তুজুংনরি !

করি থোক্লনি কিবনা
মিৎ উইশিন্দুনা খাঙ্‌নরি
তাবিবা নৈত্রবস্থ কনানা
মিপাইরবা থম্মোইগী খোঞ্জেল্না
পৃথ্বী কাচিন্ খুদিংদা
অপং অশিং থাক্তনা
চিন্‌বান্ থক্-খা কংখিবনা
থম্মোই শোক্লা শোন্নরি—কদৌঙেনো কায়গদবা কদৌঙেনো তুম্‌গদবা !

মীওইবনা থরক্ হুন্নবা চৈরক্‌সিদা
হে কবি ! নঙ্‌দি তুমিন্না ফম্‌হনা করি খল্লি ?
তম্‌থিবা থৌরাং উবদা
তুংদা লাক্কদবা খঙ্‌লহনা
পৃথ্বী মগুং তারনি খন্দুনা
থম্মোই পুবা ঙম্‌দ্রহনা

মিংলুদা ঈরা শিন্থহুনা

পৃথ্বী উফুল্ ওল্লম্দাইসিদা — অচং-অখোক্ হিসাব পারিবরা ?

তাইবংগী অরা-তেংথা মরক্তা

করম্বা কবিতা ইগদৌরি হে কবি ?

স্পেসসিপ — মেগাটোন্গী

চৈথেং কল্লবা ইনিল্লা

মালেম্ থুংনা য়ৈবনা

করি থোক্লগবা হায়দুনা

থক্-থক্ নিক্লরক্কাওবদা

লৈরিবরা হে কবি। নঙ্গী কবিতা — বসন্ত থানিল্ হায়বদো।

ঙম্লনি খন্বদা খরনা হরাওনরবস্থ

মীওইবা অপুন্বদি থম্মোই মিপাইনখরে

দর্শনগী চবৎনবা লৈরাং মনম্ — নম্নিংদরে

বসন্তগী অনৌবা মায়থোং — য়েংনিংদরে

থরো থম্বাল্ থারিক্থা

নুংশিবী পাম্মুবী চান্নবী

বসন্ত থানিল্ তানিংজবদা

হায়য়ু হে কবি — কনানা পাবিগদৌরি নঙ্গী কবিতা ?

কান্নররোই হে কবি

তৌরুরনু তপস্যা !

ফজবা লৈরাংগী জগোই
প্রলয়গী জগোই ওইরনি
নামিবা বসন্তগী নুংশিৎ
প্রলয়গী নুংশিৎ ওইরদুনা
অকিবা ফংনা লাউ-খোংদুনা
পৃথ্বী মৈরী থোক্লা
কম্না চাকৃশিন্বা হৌরক্পনা
শিবগী পূংজা ভাইরবদা

থম্মোইদা চংঙু য়াদরে — নঙগী মেংলবা কবিতাগী ছন্দ।

ইরুরন্নু নঙ্গী কবিতা
য়াওরুরো নঙস্তু ভৌতিক আলোচনা
অমুক হন্না লাক্তনবা
কায়গ্রসন্নু — পৃথিবী
কায়গ্রসন্নু — সৌরজগৎ
মীওইবগী অরা-তেংথা তাদনবা
ভুম্না মাঙগ্রসন্নু মীওইবস্তু

খল্লুরন্নু নঙস্তু ধর্ম্ম দর্শন শান্তি কবিতা।
কান্নররোই -- কায়গদৌরে পৃথিবী কায়দৌরে।

শাউগৎলবা মীওইবগী
থিঙঙমদ্রবা নোংলৈনা হুম্বদা

মমী শাম্নবা পৃথ্বীনা
কোক্তা খুৎ হাপ্তুনা
মিকুপ মশীং থীবত্নুনা
পৃথ্বী তুম্না মাঙগদবা
অবোইবা পূংক্ষম্ ঙাইরিবসে
হাযয্যু হে কবি ! নঙগী তপস্যা ! নঙগী কবিতানা থিংবা ঙম্খিদরা ?
কান্নববোই — কাযগদৌবে পৃথিবী কাযদৌরে।

তাও হে কবি !
থিংবা ঙম্গদবা লৈবগা
পাযখৎলো নঙগী যোৎপাক্
তৌবরো মরুভূমি মথক্তা
পুবরো থুন্নবা ইচেল্
চাম্থোক্পিবো — হে কবি !
মৈশা লাংলবা পৃথ্বীসে
পুবিবরো অনৌবা পৃথিবী — নঙগী অনৌবা কবিতা' ছন্দ মবক্তা
কাযগদৌবে পৃথিবী — কায়গদৌরে।

খুমন্থেম্ ইবোহল্ সিংহ
তাং ৩। ১১। ৬১ ইং

# তাইবং শজি

শুমলি মীকুপ্তা
লৌনম্বা বাঁশীনা — মাললংগী
তারি রাবদা
তাইবংদি শজিনা — পংবগী ।
ঙংলি মাংদদি
নীকলবা লৈম্মেনা,
লেপলি তুংদদি
কীরবা বিরাটনা,
শনখ্রে য়েগুদি
ঙকলবা ঈপাকনা,
থাকখ্রে ওইন.দি
রার' হাঈগৎলাংনা,
তারি রাবদি
চেল্লুবা মাইকৈদা,
নংলি রাবদি
চোংলুবা খুদিংদা ।

আশাংবম মীনকেতন সিংহ

# বাল্মীকি।

( রাঃ কুঃ শীতলজিৎ সিংহগী "বাল্মীকি"দগী লৌথোকপা )

মহু-লিশিং পানবা লিল লিল মাগী মশকপু
ওইরদুনা পাপয়াম্না চিকপা হৌরে মহাকপু
করি-করম তৌরগা পাপয়াম কোক্সি খল্লক্লে
নুংশিরবা থরাইদো তম্না থাগে নিংলক্লে।
হিংলুদুনা কদৌনি ঐগী কনা লৈত্রবদা
অসি হায়না খনবনা রাস্থদুনা তুখিদা
য়োৎতুম-গদা থাদোক্লে রাস্থরেদো মীহাৎপা
ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা হস্থরকই মীওৎপা।
মিৎলু আনিদুদগী তরং-লাইজ শিস্থরে
কপ্পা কপ্পা চেনখরে সন্যাসীবু থিখরে
খোংদোই য়াংনা হুন্দুনা ব্রহ্মা-নাকপু য়ৌরুরে
মখোং থুয়া অনিদা তুরদুনা হায়রুরে
ভক্ত-সাধু অখংবা, তাকপিয়ুনে ননাইদা
গতি লৈত্রে ননাইদি শিজরগে ঐহাক্তা

পল্লেম-পন্থৌ অনিমক নুপী মাসু য়াওননে
লোইনমক্তা হংলুরে অমতসু য়াদেনে
ইপাপ শরুক য়াবিবা কনামতা যাওবদে
ইদোম ইথন ইবাম্নং লোইদোবিনে ঐহাক্কে
মালেম লৈকোইনুংশিদা পোক্লকপসু ইথস্তা
শিরমদাইসু প্রভু-ও ইথস্তনি ইথস্তা।
খংলক্লেনে তৌজাক্ত হিংনিংদবে ঐহাকতো
মাল্লেম তাইবং থাজুনা চৎনিংলেনে ঐহাকতা

তাকপিরোনে ননাইদা তোল্লি-তাব ঐচোন্দা
পাপয়াম্ অসি কোক্তুনা লানগদৌবা লম্বীদা
ইমা-ইপা অপুম্বা থাদোক্লগে তন্নমক
হিংনিংদরে ঐহাক্নে হিংবা মখোইগীদমক
করি তৌজো হাযবগে তাকপিবদা তৌজনি
মতৌ করম তৌবগা ইপাপ-অসি কোক্কনি
মতৌ অহু উবদা নুংশিত্তুনা ব্রহ্মানা
তাকপিরকই য়াথনু তৌগদৌবা মতান্না
আদা লৈবা পুত্রীদা ইরুজরু কুমত্তুনা
নশা অহু শেংলগা তাক্লি পাউতাক ঐহাক্না
ব্রহ্মা য়াথং কোকথোংনা' রত্নাকর চৎখিদা
ওন্থোকপনি পাপচেনবা মানা য়োবা মক্তুনা
ইমায় চোম্না লৈরম্বা পুত্রী জাগোব অচৌবা
ঈশিং ইরিক অমক্তাও লৈতনবু কংখিবা

পাপকি দণ্ডি কযাদা চাওনা ক্বংই খনবদা
রাবনবু খনথেংখি তন্না তমখি ব্রহ্মাদা
ঐগী ইশক উবদা পুত্রী ইকং ওনখরে
চাওখৎবোইদা ইপাপাতি গত্তি অমা লৈতরে
রাক্ষস অ'স তাবদা মোমোন মোমোন ব্রহ্মানা
কমণ্ডলু পাইখৎলি চাইখি ইশিং লৌহুনা
কমণ্ডলু ইশিংনা শেংদোক্লবা হকচাংদো
মন্ত্র পিবা য়াবগ্রে তারক-মন্ত্র তাকপিদো
মহামন্ত্র অথোইবা তারক-ব্রহ্ম-মিংথৈদি,
রাম কৌবা মিংথৈদি তাকপিখিদা তন্নদি
রাম-রাম শোন্দুনা মপাপ পুম্বা কোকখিদো
নামগী মগুণ উবদা ব্রহ্মা ক্বাওবা ঙকখিদো
নামগী গুণ দ কৈহায়নি অমুক্তবু শোনবদা
কে ক্লকপাদি পাপশিংদো মীওই মপোক অমদা
পাপী মানা তৌজবা মপোক'মগী পাপশিংনা
রাংপতনি হায়বিয়ে শাস্ত্র পুম্বা তিন্দুনা ॥
মচিন মবৈ পান্দবা মরোল লোনবা ঙমদবা
উপাল-রাপাল পূন্নমক্ লোইবী চিংজাও অচৌবা
মখোই খিবিক অসিস্থ সাধু লাইশোল তাবদা
খোন্থাং কন্না যৈহুনা অবাল-খুভম কংজৈদা
শোনগে হাযনা শোন্দবা অহুক্ মপস্থোকউবা
অহুগুম্বা পাপী ক্বাও নাম গুন্না লাল্লিবা

লুংশি নুংশি শোনবদা য়েংথি য়েংথি চৈবদা
পল্লবগী মহৈদি অরাল থুডম ফংইদা
অঙকপনি অঙকপা তাকম খংদমশকনি
কবি খোর্জে মায়থিদা মগুণ তনা হেনবনি
অমুরক্তা শোনবদা রত্নাকরগী পাপ কোকপা
ব্রহ্মানবু ঙকখিবা করম্নবু হায়দোকপা
ঙম্বা নত্তে লিজবা ঐগুম্বদি তোনবনা
তোনবদস্থু নত্তনা পাপস্থু কল্লা চেনবনা
থম্মোই লকানুংদবু লোংলম্বদি পাপ পুম্বা
বাম মিংথৈ শুমজিংনা খাক্তমথৈ শিংখিবা
রিপু-তরুক শান্নফম ওইত্নবু লৈরম্বা
ডাকু মাগী হকচাংহু হবি মন্দির ওইখিবা
থম্মোই-লকান্নুংহুদা নামগী আসন থাখিবা
পাপকী পুকচেল খাহ্নুনা নামবু চেংনা কোনখিবা
তাইবং-মালেং মপুগী যাদু হৈবা মহাক্কী
কবম খংনি ঐখোয়না লৌনম মায়া মহাক্কী
রত্নাকর মহাক্না লৈরম্বদি মফমদো
মফমদুগী অকোয়বা পাক্না চাউনা কোনবদো
মলয়-নুংশিং নামিবা হৈনম-লৈনম নম্বোবা
তোরবোদা থাগলবু হোরে লিরি-শিংচবা
য়াক্লেন য়াকপা নুংশাস্থু নুংদা লুপ্তুনা
য়েনিং-ভুস্থা ঋতুগী মেংবা শক্তম লৌখিনা

হৈপাল নৈপাল নিংথিখি উরি-উনা তেকখংখি
অয়েং-মিৎপু ঙকহনখি পুক্লিং খুদিং শুমহৎখি
মনাই-ভক্ত লৈবা লম হরি মানা লোয়নক্কম
তশেং তশেং উৎখিদা ওইখি পুক্লিং শুমহৎক্কম
পিক্লা তোম্না থনম্ব মহুম-মচা স্বার্থদো
রাম-মিংখৈ মগুন্না তাইবং-মহুম ফংখিদো
মপা-মমা নুংশিবা পারোল-পুরোল শনখিগে
তাইবং-মালেম শক্তম্বু মমা-শক্তম ওনখিয়ে
নাইতোম তানা লৈরম্বা জীব মাগী আত্মাতু
ওইখি তন্ন থুনদা চাওরেল চাওবা আত্মাতু
থনুংদগী ঙংলকপা খোঞ্জেল মাগী নুংশিবা
নুংশিরোলদা খংখিদা অঙকপনি অঙকপা ॥
যুমদা হনবা কাওখবে পল্হৌ-পলেম-কাওখবে
হকচাং তংখায় পুরিবী নুপী মাস্থু নিংদরে
তাইবং পুম্বা মান্নবা পারোল-পুরোল লান্নবা
রামগী নামবু শোন্দুনা লৈগে নিংঙ্খ্রে মীয়াৎপা
বামগী ভক্ত মহাকপু পারি ওইনা ফংবনা
চ্যবন মুনি মহাকপু য়েংঙ্খ্রে রাম্না শেন্দুনা
বল্লাকরগী মমাস্থু মহাকৌদি নুপীস্থু
রামগী খুয়া চংহনা ঙমঙ্খ্রে লৈবা মখোয়স্থু

শীতলজাৎ সিংহ

# ভক্তি-অঞ্জলি।

(শ্রীমা সারদামণিগী লাঙোন-তিথিদা কচ্চবা।)

মালেম-পোকপী-লাঙোন্দা তাইবঙ-চনু-শায়োন্না
জয়রামবাটি খুঙ্গংদা কুমজা চামগী রাংমদা
থমোই পাত্র থন্নবু শান্তি-লাইজ পুত্তুনা
জ্ঞানখিবদাই নোংমা লায়র-ব্রাহ্মণ খাংপোকশঙ!
চেনখরে ইমাগী থৌজান্না লাইবৈবাকী অলকানন্দা
মরুদেশ কয়া ফাওত্তুনা মালেম-থমোই হাংত্বনা।
অমরাপূবগী ভক্তি-থম্বাল শাখনে থমোই কয়াদা
স্বর্গগী শেৌজে পায়বিবী ইমাগী অমৃতনা শোকপদ্।
ভক্ত রামকৃষ্ণগী পূজা-অঞ্জলিনা লৈতেংবা
ইমাগী চরণ অনীনা নেৎপীখি চাক্লবা তাইবংসি।
মীরমলেন্নদি কোলোয়নৈ ভক্তগী তালোই-মুজা ওই'
ইন্দ্রিপোনগী নুপীত্থ ইমা নংদি নাওত্তদো—
চন্ডী কোটি কয়াগী লাইনীং-পবৈনা শেম্বনি।
ভারত-সংস্কৃতি লৈকোন্দা নোচুপকী নুংশৎ শীংলকরৈ
নচা বিবেক নত্রনে নোংচুপ মায়কৈ থুংনবু
ভারত খোঞ্জেল মিনখিবা—মখৌ পোঙনা খোংখিবা?
মহাকনিনে কনাখবা ভারত-সংস্কৃতি লৈপানবু

নৈহৎলবা মতমদা অকনবা মাঙ্গণ্ডগী শক্তম্না;
বিবেক মাগী খোঞ্জেলদো ইমা নঙগি খোম্মাঙনি।
মমা ওইবগী থমোইনা তাইবঙ-শকক্নম লাকপীখি—
সাধু-পাপী, ভক্ত-চণ্ডাল, তোল্লবদগী তোল্লবা
লায়ব-চাকনি' কয়াবু মচা ওইনা উবিখি।
লাইরৈবাক্কী লাইবেম্মী হকচাংগী মূর্ত্তি লৌখিবী!
নঙগী পূন্য-মঙান্দা ঙাম্ভোক্লে ঙসি তাইবঙসি—
'অপাম্বা' কোবা লিনখাক্কো তাঙজ-লৈখুন চঙখরে—
নংগী যেন্নবা কযাম্নু মাযথীহনা হনখরে।
নাপী খুদিঙ তিংখো খুদিঙ ঈরাঙ হৌবে ঙসিদি
কনাগী চবণ ফংনীংবনা—উরী খুদিঙ লৈরাং খুদিঙ
হৌবিবা শকী ইংপামসে কনাগী নীংথিবা শকক্নমনো?
লাকলো শান্তিগী মঙাল! মালেম-থমোই হাংজরে—
ঙসিগী পূন্য নুমিত্তা চামথোকপিবো অমোৎপা খিবিক,
নচাশিংগী থমোইসে অশেংবা তীর্থ শেম্মীরো—
তিঞ্জাব ইমাগী চবণদা ভক্তি কোক্তা হাপ্তুনা।
থমোই কোটি কোটিসে অমত্তা ওইনা তিন্দুনা
মহাতীর্থ শেম্লগা থাজগে আসন ইমাগী।
জয় জগদম্বে মহেশ্বরী মহাকালী!
মহালক্ষ্মী! মহাসরস্বতী! খুরুমজরি ইমা!!

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

# বাঁশীগী থমোই ঈহৌরো

ৱাহোং কয়া কোকিল কয়া খোংখরে নোঙ্গৈনা নোঙ্গৈনা
অমরাবতীগী অশংবা চেক্লা শকখরে তোয়না তোয়না—
অমম্বা যুগতগী হৌত্তনা নিল্লক্লি মপাউ লাইরৈবাক্কী
চাক্লবা তাইবঙ-মরুগী চীক্লবা লৈকোল মনুংসি।
উজ্জয়িনীগী লৈকোলদগী অতৈঙে শকখিবা খোঞ্জেলনা
লৈরি নিন্দুনা ঙসিফাওবা পৃথ্বী লৈমরোন ফাওনা।
নোংচুপ লৈকোল-উকৈদগী যুগকী খোন্থাং অনৌবা
য়োরাক্ল নোংপোক কাচিনফাও মতমগী তোর্ব্বান তোর্ব্বান্দা।
হিন্দু পাঙল অনীবু পুনখি মমাঙৈঙেদনা ভারত-নিংথৌ অমনা
মাগী থমোইদৈ হৌরকপা কাবগী ছন্দ-মন্ত্রনা।
পোকখ্রে যীশু মহম্মদ বুদ্ধ-পোকখ্রে গান্ধী মহাত্মা কয়া
থোকখ্রে মঙাল কবিগী সুরদগী— পীখ্রে পাঙ্গল মহাক্কী কলমদগী,
উহল্লে ফজবা—পীনরে নুংশিবা ফংলে থরাই—লৌরে থমোই,
শকখ্রে ঈশে যুগ কয়াদগী যুগ কয়া লাল্লা।
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮
ইমাঙদা উার অহুমক্তদা — শরুগী ফুরা, চাক্লবা পৃথ্বী।
কদায় শান্তি — কদায় মঙাল কদায়পাঙ্গল — কদায় থমোই ?
ভ্যতাগী কারখানাদা তকখায়খ্রবরা উফুল তানা ?

যুগকী খোঙ্জেল ওইরিবা কবি নহা খোন্নৌবা!
করি শাক্ক করি খোংলি উরুম লাংলবা কুঞ্জদা —
ব্রজগী যণশেনবা কহ্নাইগুম গোপী থমোই হূনীংবরা ?
ব্রজগী অঙাং মহাক্তি গোবর্দ্ধন খুত্তা হাপ্তুনা
গোপ গোপী কনখিদো শোরাবেনগী মায়োক্তা।
কৌরব শাগৈগী নাপন্না নীক্লবদা ভারত লৈমরোন
প্রেমিক্কী বাঁশী থম্লগা পাঞ্চজন্যবু পায়খৎখি —
গোপীশংনা কপচবা হন্নমক্তা য়েংদনা
কুরুক্ষেত্র লানফমদা সারথিবু ওইখিদো
কবি নঙগী পুন্সিদি লোইবগদ্রা মন্ত্র পীবনা ?

⁝ ⁝ ⁝ ⁝ ⁝ ⁝ ⁝ ⁝ ⁝

নত্তে কবি থোবকউ মঙলৈবাক্কী মপান্দা,
লৈথোক্নু তাউদ্রনা ঈশৈগী ঈপোমদা তোংদনা।
তৌগৎলু য়েংউ - য়েংথোকউ অকোয়বদা —
চাক্লিবা মৈসি আদা—রাযগদোবে নঙগী কুঞ্জ,
য়েংউ—ঙাওবে য়াত্রী, মতোমদগী ঈ থক্ল।
চংলু কবি—খোংবক্ত অমুক্তা মাগী নাক্তা —
শর্কপিরু চঙদ্রনা মনাকোং ময়াদা—
'পোক্লম্লবদি লৈরাংগী মপোক্ত', হে খোবাংলবা যত্রী!
লৈঙী মরীক অমতা ওইববস্ত্র পীবমগদবনি নঙোন্দ'
বীনা চামগী খোন্থাংনা হাৎযু কবি!
'হে থৌনাকবা হস্তগন্নু পুক্লিং—লানগী কীরাল হাইগংলু

চৎলু যাত্রী নোংশা লিশিংগী থৌনানা
কিগনু যাত্রী নতোমদনি থন্দুনা,—
য়েক্লবগী তেঙ্গৈনা শোক্লবা নশাতু ঈনা পুমচোৎ চোৎসনু,
হল্লগনু যাত্রী হল্লগনু! লাকসনু প্রলয় ভীম ভবানী;
মমসনু লম্বী থাশিগী অচৌংগুম — কক্তুনা নশাগী শরু
চুখৎলু মৈ থৌনাকবা।' তাও কবি।—
অতিয়া পূম্বা ইনিন নিনথ্রে কনাগী মীকপ মীরাওনা;
হোগায়ডুনা থবাক 'মায়থীবা' 'ঈকায়ব' না
থক্লি ঈ থূজোক থূজোক।
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮
নীংশিংউ মীওইবগী ইতিহাস — হন্না য়েংউ কুমজা থরগী রাংমদা
আমেরিকাগী কৈথেলদা কাফ্রীশিংবু য়োনখিবা হূইগুম্না পুল্লগা!
মীওইবগী ইতিহাস নত্তে! — ইতিহাস মীওইবগী
শাগী ইতিহাসতগী হন্তরবা তূকচ্চরবা রারীনি।
'চাৎন-শুনবা য়েংথী-কল্লকপা ওৎপা-নৈবা নুংশিনদবা'
অসিনি মীওইবগী ইতিহাস। — লোনম তৌডুনা নোক্ল নোক্ল
ঈ চুপ্পা ডম্বা মীওইবা — শাদগী হেন্না তোল্লবা!
উঃ য়েংউ — তুচুংবনি — আদা লেপ্লিবা মরোল থোক্তবশিং —
মক্লবা মায়থোংদা মাখোয়গী — ইরি কুমজা কয়াগী অরাবা;
দরিদ্রনারায়ণবু কৌরডুনা চাকনিবা কয়ানা লম্বীদা।
থরাই হকচাং থাইনরি নূঙ্গায় 'থক্তা ওন্দুনা।
⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮

মতম চাযবে কবি — বাঁশীগী স্নরনা নওগী
পীযু পাঙ্গল অশে'নবগী, পীযু চাক চাকনিবগী —
পীযু মিৎ মিত্তাংবগী, পীযু লোল লোম্বোক্তবগী।
নমথেকউ নমথেকউ — নমখাযয় নমখাযয় —
আথংবা-অথুবা আপকপা-অপনবা।

: : : : : . . : :

নওগী বাঁশীতনদি কবি — থোক্লবোই মতুগী স্নব —
পাবখৎলু পাঞ্চজন্য পাযখ'লু লীরুং-তেন —
চোংথোক্লো কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা — থী'ল্ল তেঙ্গা থোংসা।
পকতাবগ নশাদা কবিস্নু কৎলম্মু নথরাই অতুতা —
বম্লনাগী মূর্তি ওইহল্লো অহীংবা মূর্ত্তি।
পীযু সঞ্জীবনী মন্ত্র পীযু থরাই-পুরিং
পীযু আশা থৌনা পীযু রাখল থংমোই।
খাঙ্গৎলো পাঞ্চজন্য — মপুঙ ফাগনি বাশীগী স্নব,
ঈ'তৌহল্লো বাশীগী থংমোই পাঞ্চজন্যগী খোঙ্গেলনা।
ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থংমাই
পাযখৎলো ববি পাঞ্চজন্য।
থমোইনা শকপা ঈশৈতনা — পীগনি থবাইগী অপনবা পাত্র,
থংমোইনা ঈহৌববতদা থোনক্কনি মপুঙফাবা স্নব।
যেংউ হোগাযতুনা তাজমহলগী নুং —
লৈবমগনি সাজাহানগী পাক্লবা থংমোই,
য়েংউ থুগাইতুনা নংগী বাঁশী

লৈরমগনি মীওইবগী চাক্লবা থমোই।
ঈহৌহল্লো ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থমোই —
পায়খৎলো কবি পাঞ্চজন্য।

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

# কৈদনো পন্থৌ

কৈদনো পন্থৌ অপোকপা নপারী নমোম শেৎলম্ববো ?
চেসি নংগী কাইন মৈশা লাংবদ মপী কাইনববা যন্নাওগুম্
নীনা তৌবক্লিবা মৈতৈপাবী চন্নশিংনা থুদাং পিক্কম তৈবি,
হিক্লা হিক্লা কপথিবনা থমোই লাইযুম কাইনরি।

কল্পতরুগুম মৈতৈ পোইবৈ লমদমযাইদা লেপ্পুনা
লম্মুক্লববা নচাশিংগী লম্বী তাকপিবম্বা,
আঃ পন্থৌ থৌদাং লোইবে খনবরা,
থুচ্ছেম নংগী চারশিং শিন্নরম্বগে কনাদা ?

মরিকচুম্বা হৈপাল উপালনা লৈমাই লৈশি লৈথোনবগুম
লুরুক্লবা নংগী তাংজ মাইথোংনা লৈতেংলম্বা
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী লৈরাংনা খুজোক কাজরি
অপোকপা নংদি উরিনি, লৌবিউগবা অঞ্জলি।

নং নত্রনে অপোকপা নোংমা অমুক য়েন্দা অঙনবদা
খোর্জৈ লাঙ্গল পাইহনা, রাখল কাওরেন মাংদ থা
উবিদ্রবা মৈতৈ সাহিত্য লৌফম লৌকাৎ থৌ-নিল্লম'দো।
হায়যুগবা শিন্নরশ্মি কনাদা মৈতৈগী লৌরি য়ুস্ফমদো ?

"থাইনগী লৈরাং" চায়োকলৈ মল্ল মল্ল লৈনুংশি নাপ্প খুদিং
থেৎপিখিবা,
"মধুমালতী" নুংশি লৈপুম্না মৈতৈ থমোইবু পুনখিবা,
'ফিদম' ফিজিনুংদা য়োমহনা ছাত্রশিংবু য়োকপিখিবা
হায়যুগবা পম্থৌ অপোকপা, করম্নবু লমনশিংশিবা ?

কুমশিদি পাকচাওরবা মৈতৈ সাহিত্য লৌফমগী কুমগাংদবা
লৌরাকশিমস্তু শিৎলেদো, য়েংউদো মৈতৈ পারীচনুশিংনা
চরাম চদৎননা, মশম মনা ফানা, মমাই মাইথোং লাংশিন্না
লৌরি-লৌরিদা চস্তু,না, পম্থৌ নংগী খুনাম তাত্রা য়েংঙিনা !

কপ্লিরৈঙদা অমুক মীকপ মপুং ফাহল্লসি মতাগুম
তেংথারিরৈঙদা তেংথাগুরম গুহল্লসি শরিনগুম
মহৈ লৌশিংগী বর্ত্তি অমা মুৎথ্রে হায়না সেবকশিংনা,
নাওয়াগী শোক্লবা সুরনা হৌনা হৌনা কপ্লিনা !

আঃ হরি হয়া মিঙ্খেরেন চুম্নহনক শোল্লুনা,
প্রেমগী লৈরাং খুজোক পিয়োইনা কৎপগে ?

পিংঙৌবি করি "লৈত্রে নচা চাউবা, কপ্প, ইমা য়াইথিবী" ?
খ.দববা, তেংথাবোল খোঞ্জেন তাবদা থম্মোই ফিবুক কাইনরেনা !

নত্তে চুম্মি, কপ্প, — কপ্পতনা তাইবং মীগী লৈতেংনি,
মিৎলু ইরাৎনা, থমোইলকা শেংনিংঙাইনি, কদাই মৈতৈ লৈমা,
পাবি-লক্তগী অহেনবা নচা চাউবা বত্ন ছেৎনববু করিগী কপ্তবনো ?
কপ্প, তৎপ নাইদনা শিন্থবকপ ইবানা পোইরৈ লমদম থুমহৎলু।

কদাই লাঙ্গোল লাইবেম্মা হৌজিকফাও নিংঙাইদনা লৈখোক্লি !
নং নত্রা তর্থীখিবা অতুঙৈ নচা চাউবদা নুংদম্লোন,
কদাই লংফেল লাইরেম্বী, নথাদগী নচা শৎখিবা কবিগী
উহৌদবনো ?
খংদবব। নপারী চাউবগী য়ারা খোঞ্জেন অমুক তাবা ফংলরোই।

নোংমচুঙৈ লংফেল নাওযা কোম্বীরৈগী রারি নাতৈ কাংলবদা
নমা নচানা চেজেৎ কোন্ননা নাপ্প চিক্ক রারি শাখিবা
খঙ, অমুক হন্না লাক্লবোই, অমুক রাথুপ কাংলবরোই;
অচুদি কপ্প, লাইবকথিবি, মচা কাইনবী যণবীগুম মাইগৈ
শিন্না তেংথাবো।

কদাই সেবক্কী তঙাংলবা চিনবান্দগী হরিনাম মিথেু তাবদা
তিঙক তিঙক্না, লুরুক্রনা, মুন্না মুন্না য়েংখিসি কনানো ?

মানি, ইমা নচাশি — মচাশিংগী মতুং ইল্লিবনি,
তাকপিনি জ্ঞানগী পনথুংফম চংলে চৎলগা লাপ্পনি।

চুম্মি ইমা কপকন্নু, নচাগী মীচেন তৌজিকফাও নৈনি,
তাকপিউদবা নচানা কবি বাফম্ চৎথৎঠোবনো ?
লাও মৈতৈ মচাশা, মাংদা সাগৈ লৌখম তাক্কনা লৈরে,
চিংজেল মতম লাকপদা লাঙ্গল পাইদুনা শিন্দমসি।

সেউ ইমা ঐরেখাই কপাত্রে, পাক্তো পোকপী নংশু কপাকন্নু,
কপকন্নু মাংখ্রল লৈমা নমোম কোম্বীদৈ মংলান কাইগনি,
নিকুঞ্জদা খোংনা বাণাগী মেজবাপ নচাশিংনা শংজরে
পাক্তো খুনাম তুংগম্ভা কোম্বীদৈ লৈনা থোদোকচবগে।

গৌরকিশোর সিংহ।
তাং ৩০।১১।৫৪ ইং

# লৈবিয়ুকো ইনাক্তা

কদায়দগী করম্ লাক্কুনা থেংনবনো খঙ্হৌদ্রবা
মেবাথাগী থানিন্দা ইমায় চোল্লবা লাইজনা
পাথোক্লগে মতাংগুম্ ইংনা নীক্ নীক্ লাউগুম্বা ঈপান্থক্তা
মালং তান্থা চম্দাই ওইবগা লাইজ ঈপোম্ লাংলগা
লেন্নক্লগে মতাংগুম্ - থাজ ইপোম লাংলগ
খেরা-নৌনা চায়ন-তুন্না শক্হেন্নী
লৈবাং থবোংগুম যক্ষবী শক্লা পৌগাই ওইবনী
অমন্থু থম্মোই মিংলম্ তারুবে।

মাংদা লেপ্লিবী মেংনা ঈচক্লনা ফজবী মাহাক্কী শক্তম্না
খেক্লা-নৌনা অটবা কনা য়াওথ্রগা খোইবাংখিনি মতাংগুম্না
মাহাক্কী ফজবা মশক্তম্ মদোম্ পুথম্দবনা
লৈনা-লানা খাংবদা — মশা মদোম্দি খংজবা লৈতনা
খোয়পোইনবী শক্তম্না মাগী ওইববী
পুম্যান্ ওইবী মাগী নৌববী শাথেক্তা
শোক্পদা কায়খিদবোই নিংলবা খোংনা মেংলবা
ইনিন্ অমা ফাওরক্লে।

মহাক্কী ফজবা শাথেক্কী ঈচিক্লনা মেংনা হাইদোরকপা ইনিন্না
খিত্তা থেংবা য়াদ্রবা— তপ্পা হুম্বা মালংবগী হৌনশা

হুম্‌গেদা থৌবাং তৌবদা ইনিন্ হান্না কংহুনা
মদোম্ মখোল্ থোক্‌চগে থৌবাংশিবা তনিক্-তনিক্ লৈববা
ঐগী থম্মোইদা তিংলিবা কুপ্পবা তারদা
তপ্পা তপ্পা মাগী ইনিন্না শোক্লরবোই
থম্মোইনুংদগী খাম্বা নংহৌদনা মিঁরবা খোঞ্জেল্ অমা থোক্‌খ্রে।

খঙ্‌হৌদ্রে ঐহাক্‌সু — ঐনা কল্লক্‌মীহৌচাউবা ওইহুনা
নঙ্‌গী শাথেক্ খিত্তুংদা উবদা ঐগী থম্মোইনা নৌমন্‌খিবনা
তাবিবা কনা য়াওদনা থোক্‌খিবা খোঞ্জেল্ ওইহুনা
ইদাম্ ঐগী থম্মোই নাকোংনা তপ্পা ইহুল্ নাইনা তাহুনা
ক্ষোঙওমদনা লৈববা থম্মোইগী রাবোন্‌গুম্
ইদোম্ শক্লগা ইদোম্ থম্মোইদা চিক্‌মাংনহনা
নহাক্‌সু তাবিদনা অরেম্বদা নাকোইনহনা তোক্‌খিববু ওইবিদ্রা ?

অদুবু নহাক্না তাবিদ্রবস্তু —
নুংশিদ্রা যেংঙ, অমুক্কদি — নঙ্‌গী ফজবা শাথেক্কী শহুম্না
তোইনা-তোইনা যৈববমাল্লে ঐগী কুপ্পবা থম্মোইগী তাবসিদা
তন্তুনা মিঁরবা খোঞ্জেল্না খোস্থাং কয়া থোক্‌হন্দুনা
নঙ্‌গী ফজবা শাথেক্কী নৌনা কুংলবা তাম্থানুংহুদা
কনাগী ইখিল্ য়াওদনা মদোম্ তুমিন্না
কনাবুস্সু তাক্তনা লৈশিন্-লৈশিন্ চঙ্‌খিহুনা
নঙ্‌গী শাথেক্‌নুংদা তিন্‌থ্রেনে ঐগী থম্মোই' মিঁরবা খোঞ্জেল্‌সে।

রারোন্নু — মীহৌচাউবা ঐতাক্পু, খংডি ঐস্নু —

ফজবা নঙগী হৌনশা লৈবম্গীন চেংনা থম্মোই' চান্নরোই

থাজগী চান্নবোইনি খংলবা ঈপান্থকী শকতেননী থবো উবদা

থম্মোই কয়া নুঙঙোল্ কচ্চাওননা কল্লক মিতানবগুম্

নঙগী নশক্ তেনবনা নুঙচেলদবা ভম্দবনা ঐহাক্সু

থম্মোইদা যৈববা নঙগী শক্তম্না

ফজবা উবগী তৌনশা থিংচেম্মদনা থোক্খিবা

ঐনা মীহৌচাউবা ওইববস্তু ফজবা নহাক্থং ঐনা খোইশাচেংবনি।

নঙগী শাথেক্কী শক্তম্না যৈবদুনা থম্মোইদগী চিক্লা থোনক্লবা

মিনবা থম্মোইগী তাবনা কনা যাওদ্রবা ফোংদম্দ্রবা খোঞ্জেল

ফজবা উবগী তৌনশা থম্মোকনা কল্লক্-ইশৈ লাংলিবা

ঐনা খোঙকে — শাডুনা খোক্হনবা

ঐনা কল্লকে — লোনমনা কল্লক্পু নত্তেদা

তাও — ফজবা নহাক্থংগী খোংনপা থম্মোইগী

মিংনবা লুংশি যারানি।

ঐগী থম্মোই' ফোঙদম্দ্রবা বাংলাগী লিবিবা খোন্তাং তানগা

কল্লক্-চাউমনবনা মংদাম থম্মোই কাংথবহল্লনা খোনকপা

য়ারানা খন্দুনা

উহন্বিদনা লোংখনু — ফজবা নঙগী নশক্তম,

নিংথিনা ফজবা নঙগী শাথেক্লা য়েংজো হায়বা মতাগুম্

নংগী মোমোন্নবা মাইথোং উৎলগা
লৈবিনু ঐগী ইমাংদা ফজবা শাথেক্লা
য়েংঙ্ংগা নংগী ফজবা নংগৌবু ঐগী থম্মোই পেন্বা ওইজগে

কল্লকচাউবা ইপাউ তাবগা —
লোংখিদুনা ফজবা নশক্তম মাঙখিবা থোক্লবাদ ইমাংদগী
খাংবা ঙম্জবোইকো ঐহাক্তি নঙবু উদবগী মৈচাকতো
থোরক্লান থম্মোইদগী খাংডম্দ্রবা অরাবা মৈচাকখোল
কবিগুরুদা নহারা মীতৌচাউবনি খন্দুনা ফজবা
নশক চৎনবান্দ্রবদি
কনানা তাবিগনি ঐগী নোংথাংখোল
সুনাংনবা রাখল্লা অহৌরবা লমনদা
ঙৌজিকসু ঙমজদে ঐহাক্কি নংবু মিরুপ অমাক উদনা লৈবা
কবম্না খাংহৌগনি হকমলা ঐহাক্লা।

নাওখিন্নু লোংখিন্নু মাঙদা লৈরবা ফজবা শকতম্সে —
ফজবন্ নল্লক মীতৌজবগ থংলবা নুংশি চাউবা ঐহাক্কি
ওপাম্বনা থুম্মাংতুনা লৈরক্ খাইনা নুংশি-হৈতনা চঙ্লগা
ইনং শৌনা তেক্চবা ঙম্বগী ইথৌনাসু লৈজদবনা
তমাথবা ইখুৎনফাওবা কানবুংদসু শোক্চদনা
ফজনা লৈবা শকতম্বু কাইদনবা
কোম্গোন্ থমজবগা চিংনা য়েংহুনা

নঙগী ফজবা শাথেক্কী ইননন্তদি ফংজনবা লৈজবা পামজবনি
মাঙদা অস্থুম্ থেন্দুনা থমজরগা নঙগী ফজবা ইনিন্না

ঐগী থম্মোই তাবদা ইহুন্ নাইনা য়েহন্‌বিরগা
নিংথিবা ছৈহেক থোকহন্‌বিদুনা ফোঙঙমদ্রবা
চোইবোন্‌গুম্বা ইপাউবু
তাইবং শন্না নাকোং থুংনা তাহল্লগা
গজবা নশন্তম্ উচ্চবা ওম্বা
মাহুত্তবু পামজবনা নিজবনি নঙবু ইনাক্তা লৈবিনবা।

খুমন্থেম্ ইবোহল্ সিংহ।

# অমর কবিতা।

মমাংথৈদা অঙৈ অমম অঙান শিন্নবৈ
পেন্না খোংখ থম্মোইগী বীনা
মমিৎ চাউবা অঙল অমা
কোথনা চৎপা শৈশকপা।
চীং তুরেন লান্নবু চোবফোন পাম্বী মবক্তা
চৈশু খুত্তা পাযদুনা
ইশৈ শকপা ফজবা মূর্ত্তি
ফজথ্রেদা ওন্থোক্না!

থাপ্পা লৈবা দৃশ্যনা
লৈচিন নোংফাই লোযনন।
থাইনা পুক্লিং হুবগুম,
তৌ-থ্রবা নংগী কবিতা
পুক্লিং হুখ্রেদা ওন্থোক্রস্তু।
হৌখবে কয়া কয়া শতাব্দী
মুংখরেনে কয়া কয়া সম্রাজ্য
নানথোকপা চমাদ্রে মীওইবগী পুক্লিদি
নংগী কবিতা লাংদগী।
নানথোকলবাই নীংথাইবা পুক্লংস
লৈবিবা মখৈ পুক্লিনা
নানথোকপস্তু পামদ্রবা, তে শৈশকপা অখোম্বা
নঙাক্কী ফজবা লাংদগী।

খবগী মতম লৈবগা
অমস্তু লাকখি নুপা অমা
লাচ্রবনগী লুপ উপ্পুনা।
অদ্রস চৌংগী নাপামদা
শাংলবা লৈবাং ডাফোডিল
চিন্নদনা কেনবদি কল্লকইদা কবিনা!
খাইন মৈচাক খাওজুনা ইবম্বা নুংশি কবিতা
মতমগী ঈপাক লাম্নবু

ঙসি ক্ষাওবস্তু নুংশিবি।
নিংথৌ কথা নবাব কয়া
কয়া কয়া নিংথৌবেল
লাল্লম্মগা মুৎথবে মচদা উবা মূর্ত্তিগুম
তৌইগুম্বসুং নহাক্কী কবিতা
কাথনবা খুৎনা ইবম্বা
মুৎকান কৈদোউঙে নিংশিবগী লামাইদগী ?

মমাংদৈদা নোংমস্থ ইচাগী অতানবা নুমিৎ৷
কনাগুম্বা 'দক্ষ' অমা টজ্জয়িনী কোনুংগী
থা-খি মাগী মেঘদূত পুরি, গুনবা রাকৈনা।
চংগ্র চসিদ কদাইদা মালবিকাগী 'দক্ষ
নু শিগী মৈচাক্লা ডাওবা ?
চংগ্র ঙসি কদাইদা
মামিত্তা উবম্বা নোংগী মপৈ ?
অচুবু মাচগনি কদাইদা
মতাল্লা থাবম্বা মেঘদূত ?

লৈংগ্র কদাইদা কবিতা
তৌজকী নিন খোংবা মবক্ত ?
মমখবে অতিয়া কারখানাগী মৈখুনা
লুপখরে সহর

ট্রাম বসকী অনিনবা মবক্তা।
মত্তুং ইন্না মতমগী তোবৈ
কাউথবকলি হাপূ মপৈ মপৈ
মতমগী ঈ'চেল মথক্তা।
থনংখ্রে অতিয়া অমোংপা মনমনা
থনংখ্র দৃশ্য অমোংপা মপৈনা।
অত্তুবু, অ'মাংপা পৃথ্রী মযাইদা
শাংপাগুম থম্বালনা
পোইনা হেন্না পুক্লিং হুনা,
শাংলি অমব বকিতা শিগঞ্রবা কবিতা
অতংপা লৈতনা মী ওইবগী পুাক্দা।

রাঃ কুঃ ঝলজিৎ সিংহ

# করিগী খুনগৎপিদবা

পালেম ইমাও!
নমোম্বু শিস্তাবিবনু ওসিদি
যুবরাজ বীরধ্বজ —
'খোইগী লম্বিদ লেংলকনি –

ইতা থম্বালনা তম্নকই।
তাকপিউ ইমা নমোমদা
কবন্না শম্নাংসি পুনসিংগ?

ইমা! ইমা শেৎচবগেমি
রেসম ফুরিৎ, ফিগে ফিনেক
চিঞ্জবগেনে কুণ্ডল নাইল
পিবিবো ডাঙ্গাই পরেং।
ইমা কাবগী ঙকলিবনো?
নমোম্নু শিন্থাবিবনু ঙসিদ।
পন্‌াবিবমগামি থাজদে
নিঙোল খবাই থোঙ্গান্দা
চৎখিগানি মহাক্তি,
উজঙ্গৌবদি ফংগনি
নুংশি চেংলৌ মহাক্কী।
ইমা। ইমা নুংশিবী
নিংথৌ মজা ইবুঙো
লেংলক্লগনি যুবরাজ
চিঞ্জবগে পিবিবো
থেংখরেনে কদায়নো?
য়েংউ ইমা লেংলক্লে!
স্ন-থোং তাংখবে —

# শৈবেং অখোম্বা

কোরৌ মশেঙ্কা লৈবক্লে ;
দোলাই কাংমাই লৈরক্লে।
পিবিরো ঙাঙ্গাই পরেং!
চরৈ মাইথুম হাংদোকচ
নিঙোল থরাইনি থমজবা ;
থদংচরে লিকফাং ইঙক্তগী,
শানৌ মাংদ লংখজরুবাদ
নেথংখবে ইমা নেথংখরে
দোলাই চাকানা মালেম থক্ত
ইচোয় চোইরে উযুল্লক্তা।
তাকপিরো ইমা তাকপিবো।
নমোমগী নুংশি খুদোল
নিঙোল থরাইনি থমজব
কারিগী খুনগংপিদবা,
তাকপিরো ইমা তাকপিবো।

বেদজিৎ সিংহ

# ঐহাক বন্দীনি

ঐহাক বন্দীনি
ইবুংঙো নংগী বন্দী ওইরে
পুন্দুনা থম্বীরে নখুৎমক্কা ।

মতম অমদ ঐনা খল্লুই
তাইবংপাল, শক্তিগীনি
তাইবংপাল, লনগীনি ।
ওইসনু ওইনিংবতা ওইসনু
ঐদি শোয়দনা দোলাই কৈন তোংখিনি
আলেকজেন্দর, নেপোলিয়ান
মাইথিবা পিখিনি
হিমালয়দগী সনাগী লৈহাও হেকখিনি

শেল কয়া খোমল্লুরে
ঐগী পূকৈদ পৈহুনা থম্লে
হিরা মণিমুক্তাগী জাৎ স্নুরে ।
ইথন্তগী পাঙ্গলনা পৈহুনা থম্লে ।

তূম্নিংবনা খুহুম চন্দুনা
নুমিৎ তাবত ঙাইরিবৈনা
য়াতারে তুমখূন তাল্লে।
হৌগৎলকপদা বন্দী ওইরম্লে
ঐদি বন্দী ওইরম্লে
ইবুংঙো নংগী বন্দী ওইরম্লে
ঐহাক্কী ইয়ুমসিমক্তদা।

হুজিক্তি থদৎপা ঙমদ্রবা
য়োহ্লিং
ইখুৎমক্তা শাখিবা
ঐবু পুন্দুনা থম্বীরে।

"তাইবংপানশিবু পুল্লগে
থদৎপা ঙমদ্রব য়োহ্লিংসিনা
ঐতনা ইনিং তোগে
রাখলসিনা চিংহনা
অহিং নুংথিল থংদ
অমূক মৈ ইক
হুমাং মরিক শিন্থনা
শাখিবা য়োহ্লিংনি
তাইবংপালসি পুল্লগে।

শাবা লোইরবা কাল
তাইবং কনা 'মতনা থদংপা
ওমদ্রবদা
পুন্দুনা থম্বীরে ঐবু
ইবুংঙো নংগী থুংমক্ল
ঐনা শাজব যোহ্লিংসিমক্লা"

শঞ্জেনবম্ বেদজিৎ সিংহ

# মহাক্কী লিচিংদা

১

লৈমায়থক্তা কম্মা হাইথখিবনা
মীকুপমতং লৌশিং মাংলুরবা তুংদা
মাইগৈ খুদিংদা কোয়ঠুনা য়েংলকই
অরাবা মীকপ্না খংনা লাউরকই —
কনানো ঐগী খুৎপু চেৎনা পাইরিবা
কদায় য়ৌনা ঐবু পুগে থৌরাংবা ?

২

ঐনা মীকপ্ থোক্লকপা মতম্দা
মাইগৈ থুংনা তথক্না য়েংলক্পদা

লৈরমলে ঐদি মীওইবনা কোইশিন্দুনা
উরুবদা মখোযগী রাখন্দা শুম্লাংখিবনা
কাউশ্রে— হৌখিবদনা কদায়দ লৈরম্বা
নিংশিঙদ্রে — হান্ননা করি ওইবম্বা।

৩

শকখংদবা অমনা খুজেঙসি চেৎনা পাইখিবনা
ঙমদ্রে ঐদি চৎচবা ইনিং তৌনা
মানা ঐবু লেপ্তুনা চিংলি
নাম্বোক্পা ঙমদ্রবনা ঐস্থ অহুমক্ ইল্লি
হন্নফাওবা য়েংবিদে কনখ্রবা থম্মোইনি
পোথাদনা চিংবতনা মাগী মথৌন।

৪

মকুপকী নুংশিবা রাঙাংনা থৌনা হাপকৎপি
পাংথোক্কদবা থবক্ কয়াস্থ কোকথক্তা থোঙ্গৎপি
অথোবশিংগী থৌদাং কয়াস্থ ঐতাক্লা কল্লকটই
মখোইগী লম্বেলহু তুংইনগেস্থ খঞ্জকই
নাপল তৌববা পুক্লিংনা খনদববু লৈরমদে
'চাওবম্ কারবা থম্মোযনা কনাবুস্থ কিক্লদে।

৫

উদ্রে ঐগী নাম্বোক্লবা উপাই
খাংলগে মাগী কল্লবা থূৎপাই
পুরসন্নু ঐবু পুনিংবা মফম্দা

পোথারগে মানা পোখাবা লম্দম্দা
অহুবু চোক্থবা লৈতে মহাক্তি
মঙোন্দা শান্নপোৎ ওইরে ঐহাক্তি।

৬

চিংলি মাদি — ঐবু লেপ্তনা চিংলি
তুংথংবা খোংথাংনা মাংথঙ্‌রবু ইল্লি
চম্লবা নারাগী লমদমডু তুং ওইহৌরে
থিংঙমদবা রাখলনা নিংশিংবতা মঙাইরে
কল্লকই লমদমডু ইনিং তৌনা শান্নজরগা
কংলরোই স্বর্গদা অমুক্তংগা য়ৌজবা।

৭

য়ৌরকলে লম্দ'ম্মা অনৌবা মক্মনি
হায়রকই অখংবনা 'মথোক কারকপা' লৈপান
লম্বেল খুদিং থুংনা চৎলুবদা
মাইগৈ খুদিংদা কোয়না য়েংলুবদা
খুদিংমক্ক ঐগী থম্মোইবু পেন্হল্লি
নুংঙাইবগী লম্দম্দি অসিতনি খংহল্লি।

৮

মিকুপ'মক্তাও কংশিদে লমদমহূদা ঙহাক্ পোখাবা
অরেম্বদা তাহনখ্রে চেঙনা খুত্থম শিংউবা
তিংখং মৈরক ফাওজুনা ঐবু চিংবিরে
হকচাংসে হোলায়বনা ইহং নাইহং শাখরে

ঈশ্বরগী খুৎশেমবু পেল্লা য়েংনিংবা ঙমিংনি
চৈনাখোম্ত্তনা পিগী তুংক্ষম ওইহনবান।

৯

থাদোাব্লম্লে মক্ষমাস চংসল্লক্লে মাংলোমদা
ঙাইতাকপু মিংকুপ্ত ময়ামত নিংশংবদা
কপ্লগা লোৎনাখবা থোদোক কয়াড়ুনা
নিংশংল্লি ঙাস হৌনা নোক্কুনা
তবা ওইনবতনা ওঙখিবা খোখোকস্থু কথানি
নিংশংবদনা পেবাংগী পাঙ্গল তাপকৎপনি।

১০

এঃ অনাবা লমদমস্থু মাদা টুবক্লে
হৈমা! অস্থুম অস্থুম নক্লকলে —
"তন্তবক্লবা পাঙ্গল্লা অরাবতম ওইহল্লি
খুদোংথাবা লখানা লচনাব, কিহল্লি"
'লমদমানশা শাকন্থ' খুৎমনা হাইবকই
অচবু চেংলবা খুৎপাইসে নাম্হোকপ ওইরব্রোই।

১১

লমদম কপ ফাওনক্লবনি এাদ
শুনা থেংনবক্লবান তুঙাইবা অরাবদি
চংশিনগান হবাওনা খোংথাংস্থু তুংইন্না
য়োদফদবা লমদমনি কান্নদে নিংহন্নবনা
খুদোংথিবা কিতুনা পুন্সিসে লমথৈরোই

অ:নৌবা লৌশিংবু তমদবা ঙমজ:বাই।

১২

নুঙাইবা থেংনরে-নুঙাইবা ঙাক্লি য়েংখিবদা

অদুবু মিৎকুপ্তু লমদমদু লান্থোকপদা

অরাবস্ত অদুমঙাই মপৈমা থেংনরকই

লীচিংনা লেপ্তুবনা মদুস্তু নাস্থোবকই

মখল কয়াগী অরাবনা থস্মোয়সিস্থ কলহল্লে

অনৌবা মখলগী অরাবা লাকঙমদনা থেংননিংলে

৩

অস্তুম্বা লমদমসিস্থ পিন্দনা তুংওইনবনি

অনৌবা লমদম'মা যৌনবা চিংলনি

য়েংউ! মীকুপমতং পোখানবা মক্ষমসে

তোর্ব্বান্দা শেমদুনা থমলিবা চিতাসে

মিৎকুপ্তা য়ৌবনি লমদম অসিদা

পোখাবগুম নিংগনি ঙাইহাক্তং য়াহিপ্লাদা

নত্তে, নত্তেকো! পোখাবা, লীচিংদগী নাস্থোকপা

লোইরে নিংবদি উৎপনি পুক্লিংগী অপিকপা

লমথুক্ষম পোখাক্ষম নাইদবা মহাকী খোংচৎনি

অশিবা, মস্থবা নাইদবনা থরাইগী মওংনি

লেপ্তে, পোখাদে, নাচুংদে, মাদি চৎলি

নাস্থোক্তে থরাইস্থ কিনা কিনা তুংইল্লি॥

বি, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা।

# থিজবা

লমদম কৈদ লৈবগে
শকখঙদবা নহাকপু
পনথুংকমস্থু খঙদনা
চৎলি নংগী লম্বীদা।
মালংনা ঐবু কৌবন্মি
থাজনা নপাও তম্লন্মি।
লৈরাংনা নংবু য়েংহৌই
পোম্বীনা নগুণ শকহৌই।
উনিংবনা নহাকপু
কপ্লি ঐগী থরাইনা।
মকম কৈদ লৈগ্রবা
শকখঙদবা নহাকপু।
খোঙচৎ য়াঙবী ভুরেলনা
নংগী মাইকৈ তম্নরি।
থরাম্মিচাক পরেংনা
মিৎকুপ্পনা য়েংনরি।
হৈনৌ মপাল খৌবুমথন
খৌবোল্ননা খোংলিবা।

বসন্ত-কোকিল নহাসে
মানি নংবু কৌরিবা।
যুগ যুগান্তর ফাওত্না
লৈচিল খেৎপা চীংজাওনা
নংগী লম্বী যেংজরি
নোংজু নুংশা খাঙত্না।
কুমগী নোংখোং অহানবা
মানি নংগী নপাওনি
তাইবং মালং নখুৎসেম
নংগী শান্তি পাওজেন্নি।
পিবোইনবা মিৎযেংনা
উদবা নংবু য়েংজরি
শক্লাইদবা নহাকপু
থম্মোইনা তোয়না কৌজবি
নংবু খোৗবাংজবা
ঐগী পুক্লিং শজিনা
তাইবং লৈকংলাসিদা
থিবি ককঙাওনত্না।
লমফাং য়াম্বা তাইবংদা
শুকা মম্বা মালংদা
য়োগে নংগী নরমদম
নংগী খোজান মৈরিদা।

নীলবীর শর্ম্মা

# তর্পণ কৎপা

কুমজা কয়াই মতুংদা
খোংজোম তীর্থ তোর্ব্বানদা
চাংমী তম্মী পূম্বনা
অকন অখৌ কৌদ্রুনা
পস্থৌ কায়না কাংবুনা
পারী শেংনা কনানা
কপ্পা লাওবা খোঞ্জেলনা
তর্পণ হৈরাং লৈবাংনা
খোংজোম তীর্থ ঈবোন্নুং
পাপকী পোৎলুম থাদ্রুনা
মীৎকী পিদি মরিক্না
খোংজোম তুরেল য়াঙ্গংবী
মৈতৈ তুবেল পুক্কপ্পী
মচাশিংবু কৌদ্রুনা
পাবী কাযনা মৈচাক্না
খোংজোম তীর্থ ঈমানি
বোমগী তেপেকী খোঞ্জেন্না
থাংগী নোংথাং কুপ্পদা

মৈতৈ পূম্বা তিল্লবি,
স্মৃতি সভা ফম্লরি
মক্কম 'সিদা পূল্লরি,
মীৎকী পিবু কৎলবি।
পস্থৌ কৌনা কপচবি,
পাবী কৌনা তেংথাবি।
চীংয়া তময়া নিম্নরি,
ঈমাই থুংনা ভাওনবি।
মৈতৈ পূম্বা লুপ্লবি,
অমৃত খৌবুম থন্নবি।
ভসি চাংজৌ পানরি,
ঈথক হৌনা চেঞ্জবি।
পিগী ঈথক তৌজরি,
থম্মোয় কায়না কপচরি।
অরা মৈশা লাংজবী,
অরা শক্রোল পুরবী।
নোংমা থম্মোয় কায়খিবা,
মীৎম্না থম্বাল থকখিবা।

খুৎলাই মৈশা লাংলবা মৈতৈ অকন অথৌনা,
নতস্বাক্তা ওনখিবা পালেম খোল্লাং থক্তুনা,
নচাই ঈদি মরিক্কা পালেম চরৈ ভাংখিবা,
অথৌবগী পিবিক্কা ঈমাই থম্মোয চোংখিবা।
নিংতম লানকম মযাইদা যাইবী থরাই কৎখিবা,
ঈমা নংদি নিংশিংলি মৈতৈ পাবী অথৌবা।
নচা চীংলেল উগৌই পাবী পাওনা অথৌবা,
শঙ্গোইসনা যাইস্কুসনা পুন্সি তুমখুল তানশিবা।
মৈতৈ অকন অথৌনা কোলোই করি মেল্লম্বা,
কোবৌ নোংদোল পাংলমদাই করি রাহৈ হাযবম্বা।
তম্মু ইমা নৈতৈদা ইপা ইপুই রাহৈদো,
মৈতৈ নহা খুদিংদা মেঞ্জরম্বা মপাওদো।
নুংশিদকো পম্বৌশিং লৈবাকীদি রাফমদা,
মশাই ওইজ থাদোকপা জাতি ফনি খনবদা।
তরাই ওইজ তানবদা লম্নাইদমক য়েংদবা,
ময়ামগীনি খনবদা থরাই থাবা কিদবা।
নোংমৈ গুলী মমাংদা থাংগী নোংথাং কুপ্লম্বা,
বোমা তোপকী মমাংদা থবাক লোংনা য়ারম্বা।
নুমিৎ শিংবুম য়াম্লগা থোইনা হেন্না নিংশিংবা,
কুমজা ফিজং খল্লগা হেন্না য়াম্ন নুংশীবা।
মৈতৈ ইচিল ইনাওশিং মতম চাদ মাওখিবা,
শজিক মমৈ য়াইগ্রবা থবা মতুং লোনগ্রবা।

লাওদা ইচিল ইনাওশা!
মক্ষম 'সিদা তিল্লসি
ঐখোয় পূম্বা তিন্দুনা
মৈতৈ অকন অখৌগী
খোংজোম তুবেল মপান্নি
ইপা ইপুই পোৎথাক্ষম
মৈতৈ অকন অখৌনা
ঈরিক পিবক অশেংবা
মৈতৈ লম্মী লিশিংগী
পোইনা ময়াই কাখিবা
স্মৃতি মন্দিব শাব স
লমনশিংবা শক্ল স
মালেম অকন অখৌনা
লৈবাক নিংবা মীশিংনা
তাইবং শান্তি পাম্বনা
বিশ্ব নিংবা ভক্তনা
সাম্রজ্যবাদ মৈরিবু
তাথসগী ঈশংনা
শতৌদাশংগী পূজারী
তীর্থ 'সিদা লুপ্পনি
লাওনে ইচন ইনাওশা
ভসি তর্পণ কংলসি

চীংমী তন্মী অপুম্বা,
মৈতৈ ঐখোয় লোইনবা।
স্মৃত সভা ফমসিলাও
কোলোই মিংলেল শকাশলাও।
খেবু চীংগী চীংখোংনি,
শেল' তীর্থ মক্ষম্নি।
পুন্সি তুমখুল তানখিবা,
মক্ষম সিদা খিকখিবা।
খৌনাংলবা থাংলেন্না.
য়েক্ল-ঈবু খক্তুনা।
মক্ষমাসগী লৈমাইদা,
ইপা ইপুই মক্ষমদা।
নোংমা পোৎথানবনি,
লৈগী খুজোক কংলনি।
মক্ষম 'সদা কপ্পনি,
পিগী মবিক খিক্লনি।
মুংননবা থৌরাংসি,
কুমগী নোংগুম খিকলুসি।
বিশ্ব যাত্রী কয়ানা,
পিগী ঈথক হৌহনা।
লৈগী খুজোক পুরকউ,
চেংনা খোইদিং মুগুবকউ।

কোরৌ থক্তা কাথ্রবা
লম্মন শিংবা শক্লসি
মৈতৈ অকন অখোশা !
খোংজোম তীর্থ ঈমাইদা
খোংজোম তীর্থ তোর্ব্বান্দা
কচ্চারবা হৈবাংসে
মৈতৈ কোনগী লৈনাংনি
মৈতৈ লৈমই লৈতংনি
নচন নচা শুইবনা
নপোই ননাও মগান্না
লাইবক থিবা কাবনা
মেংকী পিসি নজুনা
মৈতৈ হৈবাং অহাংবা
ফিগাও শানা পুবক্লি
মৈতৈ কোনগী লৈনাংনি
লোনিয়াকো অখোবা
খোংজোম তুরেল পুক্লগী
হৈবাং লৈবাং খবসে
লমদম তান্না পুহুনা
য়েনাবিবস্মু নহাক্লা
নংগী পিক্লা ঈচেন্না
ঈথক ঈগোম হোগানি

অকন অখৌ কৌহুনা,
পিনী খুজোক কজুনা।
লোনিয়াকো নুংশীবা,
অসি তর্পণ কচ্চবা।
খুকউ লৈদা তাহনা,
পিগী মনিক লোইননা।
থৌবা নংনা পামজবা,
কনাগা ননা থানম্বা।
যিগ ও থন্না পুনকা,
থম্মোয় হাওনা [illegible] কপা।
কনি লম্মন শিংগানি,
কান কৎপা ওনগানি।
শী চনা লৈনম নুংশীবা,
নখুবাদ কংনবা।
বাখল অমি হংদুনা
ঈখাইদা ভক্তি পেংদুনা।
পুখো নংগী ঈচেল্লানা,
পিগী মনিক লোইননা।
মালেম ঈপাক যৌনবা,
তাইবং হদেন থুংনবা।
মালেম ঈপাক যৌবদা,
ঈচেল অনি পূনবদা।

মতম 'ছুদা নিনগনি
নুংশীরবা স্নুবনা,
তাইবং নোংদোল ফাওগনি
অকন অথৌ রারীনা।
মালেম নিংবা কাঙবুনা
পিগী ঈথক হৌগনি,
শান্তি পাম্বা মীশিংনা
হরাও মোমোন নোক্কনি

নীলবীর শর্ম্মা

## তাজমহল

তাজমহল! মতম পূন্নমক্তা নিংথিজরবা
নঙগী নিংথিবা নুংভৌগী মূর্ত্তি অসনা
মাঙবা লৈত্রবা মতমগী সভাতা ওইবিবোইদো।
অঙুবু সম্রাটকীদি মিৎকী পিনা চামথোক্লবা
মপুং ফানা শাংখিদ্রবা লৈবাং অমদি
ননশিনা খ্রদো নঙনা মতম নাইদনা।
নঙগী মক্ন্রবা নুংভৌগী ফজবা অসি
সম্রাটকীদি কংদ্রবা মিৎকী পি ওইবিদো।
মীওইবগী কল্পনাগী লৌবুক অসিদা
মরু লুকথবিবা নিংশিংবগী উপাল 'রক্তা
নঙদি মতম পূন্নমক্তা মহৈ চুন্নবা
উপাল অমা ওইগে খল্লবোইদো।
নুংশিবগী নাকোং খুদিংদা লোৎনা থুপনা লাকলবা;

ফোঙমজ্রবা রাহৈন মথং মথং পাওমেন্নরক্লবা
থম্মোই কয়া কয়াগী অচিকপা মিৎয়েংনা
য়েংইদো নঙগী নুংঙৌগী মন্দির।
অরাপ্পা লমদমদগী উরক্লবা
নঙগী অঙৌবা ফুরা মতোন্না
উহল্লি, শাহজাহানগী কংদ্রবা মিৎকী-পি।
মতমগী তমথিরবা মিৎয়েংদা —
রাজ্য কয়ানা উফুল ওনগ্রবদা,
শতাব্দী কয়ানা মশেল মরাং মাঙগ্রবদা,
প্রেমবীণাগী লেপত্রবা থূৎখৎতা,
যমুনাগী ঈথক ঈপোমগা লোয়নননা
খোংলিদো নঙদি তত্তুনা নুংশিবা বাঁশী।
নঙগী বাঁশী খোঙ্গ্রেল তাবদা
শাহজাহানগী পুন্সি ঈচেলদা কংগ্রবা,
নুংশিবগী মরুভূমিদা কেমগ্রবা,
মাগী অমতা ঙাইজরবা লৈরাংগী ময়োল
চোংখৎহল্লি তত্তুনা মীওইবগী থম্মোইদা।
থাবল ফরবা অহিংদা
মীনোক চাওরবা থাজনা
তাগদবগী নুংশি চিরোন
থিরিদো হন্না হন্না নখোয়গী তুংদা
ঙাইরিনে মহাক্না উনা পূংলবা মরুমদা

লোংনা থুপ্পা য়েংগদবগী নখোয়গী শান্নবা।
ইকাইথিবনা নুংশি মশক খঙদ্রবী ওইহল্লবী,
নিঙমদবনা লোংনা থুপ্পা তেংথাজরবী,
অনুতাপনা মৈশা লাংলক্লবী নুজানা
অথেবা থাবলগী অহিংদা
প্রেমগী মান্দবদা তপ্পা তপ্পা কাখৎলগা
য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনা শোঙ্গুবগুম
"চান্নথোইবরা তৌগৎলো" হায়না থোংথীনবগুম।
শাহজাহানগী অরোইবা মিৎয়েংদা
তাজমহল নঙবু কোল্লগা মীংকৌপিগা লোয়নবা
"মমতাজ" হায়না অমুক্তং শোল্লগা
নুংশা মপী অমা লৈতোরে নঙগী থম্মোইদা।
মসিনা মতম নাইদনা নুংশি তা তথগী
মক্তু্রবা থরানামিচাক মথক্তা
শাঙ্গি "মমতাজ। মমতাজ!" তত্তনা
ওইহাল্লি তাজমহল মতম পূন্নমক্তা ফজবা।

এলাংবম রজনীকান্ত
তাং ৪। ৫। ৫৩ ই

# পুন্সি

কাখৎলু য়েংউ, অরাংবা চীংদোন্দা।
পুন্সিগী অরাং অরাংবা থাক্তা
অনৌ অনৌবা য়ুমকমদা।
ইরম্বা নিংথৌরেল কয়াগী ইতিহাসতা
অকনবা থৌনা, শাগৎলম্বা ফুবা, দলান
অন্থুগা মহাত্মা কয়াগী চিক্রবা রাখন্দা।
অমুকস্থু য়েংউ. লাইর খাংপোক্তা
মতমগী সভ্যতা থোংজিন্দা — ।
উগনি শিনাইজ্রবা মচুনা পুন্সি লম্বী তাকইবসে —
খরনা হায়গনি অশংবনি,
খরনা শিংথাগনি অঙাংবা
পামজনা হায়জগনি অমুবা — ।
শংবানরবা অতিয়া মকোযদা
তত্তনা তান্নরিব। মায়া মরীচকা
চাওথোকচৈ মীওইবগী থম্মোইনা।
মতমগী ফজবগী খুদোলবু উবদা — ।
হায়জনিংই বসন্তগী মায়থোংনি

ওইজানিঙই পুন্সিগী অকংবা ঊনশুম্বা শক্তম
কনানা নাশিংবগা উন-উনদি।
অমুবস্তু বাখংগু সভ্যতাগী চীংদোন্দা
উগান মখোক য়াওদ্রবা ফিবালনা পাইবিবসে
অমুকস্থু ভাগান, অখাবা অনাকপা খোঞ্জেল
মতমগী কুখোমদা মচুগী তোনবান্দা
তাতিনা ভূম্না চাওথোকচৈ, অমুকস্তু হন্না য়েংজবি।
অদুবু অমতদি —
অহন্বী মতম্না, সক্ক্যা ওইবল্লবদা
মতমগী ঈপাওপা খোনা কানবা অথক্রা
অমুবা মচু ওইবল্লবদা পুন্সানা মোমোন নোল্লবোই
খংজগান মীওইবনা খানবা পুন্সগী মঙাও অত্ত
পুন্সিগী ক্রীয়া ওইবম্বা, পুন্নমক অবেশ্বা ওইবল্লে।
কনানা খোনাফবা? কনানো লমজিংবা
কথবা থোকীদা নংলাইদা কবম্বা তোনবান্দা
খঙাংগা পুন্সগী ৱাবি অত্ত
লোনবাক লৈনবোই কনাগী ইতিহাসতস্থু
লৈনবাই মনম য়াওদ্রবা লৈবাংস্থু
মাগা পুন্সগী ৱাবি লৈবরোই।

রজনীকান্ত সিংহ
তাং ১৫। ১১। ৫৬ ইং

# সীতা

সীতা সতী রাশকচেৎপী খোমাফবী
চীংদা মান্দা হিংচা য়াইতথ্বা মরক্ত
শান কৈন থল্লবা উনুংদা
　　　　　　　নহাকীদি রামচন্দ্র
নহাকী পুন্সিগী অশা
নহাকী পুন্সিগী ধৰ্ম্ম —
অরাবত নহাকী কপ্পতন নশরুক
য়েরুবগী বন্দী প্রেজাগী চিংনবা
অগ্নি পরিক্ষা — অহুনু রামচন্দ্র
　　　　　　　অহুনু রামচন্দ্র
　　　　　　　অহুনু রামচন্দ্র
কুনশুবা শতাব্দি !
সীতা সীতাদি সীতা
মুপীগী খোঞ্জেল অমনা —
　　　　　　　কান্নরোই মরূপ ফংলরোই
　　　　　　　লৈত্রে নঙগী সীতাদি
　　　　　　　থাঙ্গৈনগী মরূপ পুকফবা

শীন্থবি পি চহুম চহুম নঙ্গীদমক্ত
মসিনা পেল্লে হল্লো মরূপ
ফংলগ্নোই নঙগী সীতাদি।

অহুবু ঐনা থাজসিবা
থিখিনি ঐহাক্তি সীতা ফংখিনি
কুনশুবা শতাব্দিগী চাওখৎপগী মৈশাদা
তিংখং পানবা মরুভূমিগী লৈরাং নত্তুনা
শাৎলবোইদ্রা পৃথিবীদা — কংবা তাববা
নহাকপো সীতা।

অনৌবা যুগকি অনৌবা খোঙচৎতা
সীতা দেবীগী যাত্রাগী লম্বীদা
মওং যাওদ্রবা ফিদমগী ভূতনা
শুমথ্রবা নহাকপো জগোই শাত্থনা
হেলোইনা চেনথ্রববা!

অহুগা নহাক্তি মমা পোক্তবী'ন
নহাক্না মৈতৈ চন্নুবুদি খঙলবরা?
নহাকী মেছিনগী ফিদম
মেছিনগী রাখল
মেছিনগী লমচৎ
কবিশু লৈত্রবা অহিংবা জীব ওইনা
উথ্রবরনে নহাকপো ডারউইন্না
মাইক্রোসকোপনা ইকনোমিক্সনা

উগ্রবরনে নহাকপো নহাক্কী থম্মোইবো
চাবা হিংবা, হিংবা চাবা
মেছিন! মেছিন! মেছিন?
কদাই মীওইবা দেবতাদি!
মৈতৈ চনু লাইবক চাউবী নংবো
কপ্পতনা নশিনশাংলনে
চীংদা কাহুনা শীংজনবী
পাস্তা কুমহুনা ঙাথিবীবা ?
অনৌবা মঙাল অনৌবা পুন্সি
চেল্লো বন্দীদগী চেনখবো
কান্নব্রবা নহুম চিকথৎলো
অঙাংবা অশংবা অবাংবা
ফজদবা ফজবী কুপাক ওইনা পাইবো
নঙদি ফজবীনি
নঙদি তাংজবীনি
পুন্সি চূপ্পা নৌজবীনি
অমরাবতি লৈকোম্নি
তাজমহলনি নহাক্কীদি — নহাক্কীদি
নহাক্কীদি মৈতৈ চনু নহাক্কীদি
নহাক্কী পুন্সিগী আশা

কদোমদনো কদায়দনো করম্বনো ?
ঐখোয়না তাখি ঐখোয়না তাখি।
ঙরাং নুমিদাংরাইবমদা অসিদা লাক্লম্বা সাধুবাবুহুনা
ঐখোযদা কবি হায়রম্বগে ?
কনানো য়াচঙবদা কীঙৌনা খুমহুনা খঙহৌদনা মাঙখিবহুবু
লাঙগোল লুখোই।
কবম্বা হিদেন তাকমদনো হোঞ্জিন্নসিনে ঐখোয়গী হিসি
অরাং চাউখোং হিদেন্দা ?
নত্তে নত্তে অতোপ্পা হিদেন্দা
অতোপ্পা হিদেন্দা
আঃ কবিগীনোনে চাউখোং হিদেন্দা মগাখবসি বো ?
কদায়দনো মবাইবক থীববী মণিপুব—
মেলৈ লৈসমা ভুংজুম্পান কদাম্বদি লৈনুংশি !
কদাইদনোনে নহাকী ঈশৈগী মন্দিব ?
কদাইদনো থাকগদবা নহাকী লূম্নবা পোৎয়োম
কদাইদনো হেক্লগদবা নহাকী শমজিগী লৈহাউ
কদাইদনো শাৎহনগদবা নহাকী থম্বোইগী লৈরাং
আশাগী লৈরাং রাখলগী লৈরাং পূম্নমক্কা য়েংবীব্রবা
নহাকী পুন্সীগী লৈবাং ?
য়েংউ লাঈরবা ! যজ্ঞী মৈরীদি চাক্লেসে
চাক্লেসে চাক্লেসে অঙকপা ফংনা অতিয়া তম্না
কম্মে দেবায় ?

করম্বা লাইদনো ? হৌদোকমিন্নবকপা মৈহৈরোনগী
লাইদরা ? থম্মোয় পীবীরকপা হিদুগী লাইদরা ?
পোথাবা ফংদ্রবা মতমগী লাইদরা ? মায়খুম য়াওবিব
ভবিষৎকী লাইদরা ? কবম্বা লাইদনো ?
লৈজবেনে ঐখোযগীদি— ঐখোয়গী আশাদা
অনৌবা ময়োল হকচাংদা অঙকপা শক্তি, রাখল্লদা
থিংডম্‌দ্রবা ঈচেল, থম্মোয়দা নৌরবা লৈরাং
অতুবু কবম্বা লাইদনো ? কবম্বা লাইদনো ?
মীচিক মীবাওংখাল তান্দ্রবা থেঙলবা অতিংসিদা
অমুকম্ভ স্নুম্নংপা বাঁশীগী স্নুব
ওন্থোকপনিদকো থম্মোযনু হূবিবা ব্রজগী মধুকবশ্যাম
করম্বা লাইদনো ?

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
তাং ৩ । ১২ । ৫০ ইং

# নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী

হে পৃথিবী! চহি যুগ যুগ কয়া চৎলাক্লি ইতিহাসকী লামায়দা।
লান্থোক্লুই আটলানাতিক মহাসাগর,
পোখাক্লুই ট্রোয় লমদমদগী হেলেনগা লোয়ননা,
কৌব্রুচীংগী চীংদোন্দা লেপ্লুনা য়েংলুই হৌখ্রবা ইতিহাসতা মণিপুরগী -
কোয়মিন্নক্লুই পাখংবগা গুরুগী ফাংখোঙ,
ক্ষম্লুই কিয়াম্বা নিংথৌগী সভাদা মাঙমিন্নক্লুই সন্ধ্যাদা লাংগোন লুখোইগ
জগোয় শারমই শিজ লাইরোইবীগা নাপদা চঙজুনা পাউহংলুই।
চোকথরবা হকচাংনি মল্লবা থম্মোয়নি মিৎক্ষমনি মঙাল য়াওত্রবা
অত্তবু, খঙহৌদনা নোংলৈ নুংশিংকুম্না
বারুণী চীংমায়দা অহিংগী খাংমৈ পরেংগী মিৎক্ষমগা লোয়ননা
তাজমহলগী কুচু মাল্লবা শকক্ষমনা
থামম্লবা কৌব্রুগী অমম্বা মচুগী চোইজাইনরবা শমলাংনা
চীংখৈ লাইরেম্বীগী মীনোক্তা
ইনাক্তা চঙলহুনা ক্ষমথরৈ নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা॥
হংলকই— ঐবু খঙলিবরা ?
ঐনাদি তোয়না শোঞ্জবা মশক্তি উবা ফংদ্রিবা,
ঐবুদি কাউবা লৈতবা, উগে হায়বদি ঙমদ্রিবা

অদুগুম্বা নুপীগী মতৌগুম্না —
পুন্সিগী থবক লেপ্লবা, পীথোক পীশিন কাবথারনা খল্লবা
অথেংবা অহিংগী মীকুপ্তা পোদোনগী মৈরাক্তা ওায়রবা —
চণ্ডশিল্লকই ইনাক্তা, ঐওোন্দা য়েংলকই নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা ॥
থাজরুই ঐহাকসি অস্নুক কুইবসি
পণ্ডিতনি, কর্ম্মীনি, দেশভক্তনি, কবিনি
তুমিৎ পাইবা য়াবমদে মবৈগী থাংলোন্দা শক্তিগী মৈখুবক্তা।
পুন্সিবু লৌবস্মী হে পৃথিবী, শান্নবুনি অচুম্বগী ফজবগী।
অদুবু ইথা থাজদনা যাবল পাৎকী কোম্বীবৈ মচুমাল্লবা ফীজোন্দা,
কাক্তাগী নুংশিৎ নামিবগী খোঙথাঙদা,
শংবান্নবা লৌবুকী ফৌনা মাল্লবা মথুৎনা —
তুম্নগী লমদম পাংনা খোংখিবা থেংলবা খল্লগী তৌত্রি মখোলগুম্না,
লেংবান্দা পায়রকই য়েংলকই মিংচাননা নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা ॥
ইতা! করম্বা পুংফমদা করম্বা মীকুপতা
উরুরবা শ্যামবু ফদম মখোঙদা ?
পুন্সি হায়ববু করিনো — থবক্কি কারবারনি।
নুংশিবা হায়বনা ফদায়নো — ওয়দবনি মীনম্বনি; মায়ানি।
হাঙবা নত্তে মীকুপ অমত্তং, কেল্লরবা মালিকা লৈরাং য়েংজনবা
তাবা নত্তে কোকথক্তা অয়ুক্তা বোকুলগী লৈরাংনা চাইথরক্কুনা।
অদুবু থেংলবা অহিংদা নোংয়ায়গী মীকুপ্তা অমম্বা অতিয়াগী মখাদা —
নম্নুস তুরেলগী শাথেক্তা লোযননা চণ্ডশিল্লক্কুনা,
অগ্নি লৈহাউ মাল্লবা মিংফমগা লোয়ননা,

ভুতপ্রেতকী শট্টমগা লোয়ননা ;
হকচাং কাযাৎ পুন্নমক ভুচুংহন্দুনা
কোকিলগী স্নবব্ ওমজনা —
ঐঙোন্দা কোল্লকই মীকুপ অমতং নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা ॥

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
তাং ২১।১১।৬৩

# স্বর্গারোহণ

(বাস্নদেব মহাকাব্যগী কুন্‌মাগোইশুবা সর্গদগী লেবা)

নোংমা নীঙথিবা শযাখঙ্গা,
লৈবম্মী পোথাহনা বাস্নদেব,
হৌখ্রবা ওইবরা ওইগদবা,
বাস্নদেবনা উবে দ্বারকাগী,
লল্‌গী বার্ত্তান তৌবা লাক্‌পনি
উইরুম্ শাকুম কৌরবদগী,
লোযনবীশিংনা ভূমিন্ ভূমিন্,
তাঞ্জাহৃদা থুংঙরে নিংথৌ,
রথদগী কুম্‌থৈ হূর্য্যোধন,
দুর্য্যোধন হাযবা নিংথৌহনি,
লাল্‌গী বার্ত্তান কংকে লাক্‌পনি,
লোযনবীশিংনা থৌগল্ তৌহনা
অযক্কী লূকক্ষম হাববা ভুংদা।
লোইনা উহনা নুংঙাইবিবা,
লম্বীদা লাক্লিবা দুর্য্যোধনবু
খঙলে বাস্নদেব কৃষ্ণনা।
নাখোকতুনা চেপ্‌শিন্নখি !
হন্দোক্‌খি মকম্ মকমদা
হস্তিনাদগী দ্বারকাদা ॥ ১ ॥
থোঙ শংবদা য়েংহনা হায়
হস্তিনাপুরদগী লাকপনি,
চংঙকপা য়াগজ্রা হংগৎলু।

মপান্দা দুর্য্যোধন লৈহৌরে,
কোন্না লাকপনা ঈমুংদা ;
মশানা আসন পুশিন্দুনা
মতম্ অদু বাসুদেব,
রাখল্ তৌবক্তই কবম্লো,
মহাক্লা বার্ত্তোন পীবনা,
লাল্ যাওবা তাখবে,
অসি খন্দুনা নযন অনী
মবুকচেল্ ফত্তনা নাপল্ তৌনা,
কান্নদে ঐঙোন্দ মাঙোন্দা,
লাকপনা থোইনা কোল্লবস্থ
অহান্বা মযায অকোনবা,
মতম্গী মন্ন্দা তাইবংনা,
খরাইদগী ফব-মযায-অতোন্বা
মতম্ মানা উহনবনি,
ঐঙোন্দদি অর্জ্জুন লাকপনা
ঐনা শীন্বা পোবম্গী,
খঙ্দবনা তাইবংনা,
পঙ্খং খংনৈ পঙ্বনা,
লুখুমদ মায়গী মযাদা,
অর্জ্জুননা লাপ্পা খুযাদা,
ঐনা মীং হেক পাঙবদা
হান্না লাক্পনা মপান্দা
দুর্য্যোধনসি মথরাই নুংঙাইরকত্রে
কৃষ্ণগী লুখুমদা ফম্মুবে ॥ ৪ ॥
লোংনা চেপ্তুনা লৈরম্মী।
হান্না লাকপদি দুর্য্যোধননি
হানগ্রবদি মহাক্কী মায়কৈদা
ঐনা শীন্বা পোবম্দি কাযরে।
উইহুনা রাখল তৌবক্লে।
ঐঙোন্দা হান্না লাক্পনস্থ ;
পুকচেল শেংনা ভক্তি কাযদনা
ঐঙোন্দদি মহাক্লা হান্বনি ॥ ৫ ॥
হৌগ্রবা ওইবিবা ওইবক্কদবা
মায়াদা তাউহনা হাযজবনি।
খবক্কনা পোত্তনা ওইজবনি।
থম্মোযনা অর্জ্জুন ঙাইহুনা লৈবা
অহান্বনি হায়নীঙ্ভী।
অমত ওইবা মহৈবু
ঐনা হাল্লি হেল্লি ঐনা
বাসুদেবনা'স্থম্ খল্লক্ই ॥ ৬ ॥
ফম্হনা লৈবি দুর্য্যোধননা,
ফমদুনা লৈরি তুমিন্না
দুর্য্যোধননা বার্ত্তোন লান্শিন্বনা

হান্‌গদৌরি করম্নো ?
উৎসব য়াওবা হৌনশানি.
অর্জ্জুনগী বার্ত্তোন লৌনবা,
লৌদ্রে অধর্ম্মগী মায়কৈদা
তৌহৈব তৌহৈদবা থবক্তনি,
ধর্ম্ম থোক্লবা উপাযদি
অধর্ম্ম ওয়নবা উপায়দি
অমাং অশোয় মরক্তা,
থোইনা তৌহৈদে হাযনবোই,
কোক্লবা প্রতিকার লৈবনি ;
যজ্ঞ তৌবদো মহাপাপনি ;
হক্‌চাং ফনবা শাজেল্‌ তৌবনা,
অশুম্ন ঙহাক্‌ খল্লগা,
হৌগৎলি হংঙি হায়মা কবিনো !
অর্জ্জুননা হায় বার্ত্তোন্নি লাল্‌গী,
হায়রগা হন্না যেংবদা
বাসুদেবনা ইক্ষিং ফিংন হায়বকই,
অসি হায়দুনা খূৎলোম্নৈ
ঈকায় খুম্নমা সেবা তৌই,
লেঙ্‌থোক্তনা লেঙঙকপা,
দুর্য্যোধননা হায়রকই য়াম্ন থোয়না,
ঐদি ঙসাইনা লাক্লবনি,..

বার্ত্তোন হান্না ফংবগীদা
ধর্ম্মস্থ মাহুনা কায়দেদো
লোংনা হৌগৎপস্থ তৌহৈদে
য়াওবা তারি কৃষ্ণ ঐনা ॥ ৭ ॥
মাহু থোক্লবা উপায়দা দোষ লৈতেদো
লোইনা তৌহৈবা মক্তনি
ফবরস্থ তৌহৈদে হায়র্বনি
সনা লৌনবা চঙবদা,
অসিগুম্ন থবক্তীদমক্‌
মীবু অঙাওবা শেম্নবা
যজ্ঞ তৌহৈদ হাযগনি !
লোংনস্থ হৌগৎলি উপ্নস্থ হৌগৎলি
মীৎ নোইহুনা লোংন ফুক্‌
ঈতাও অর্জ্জুন ! লাকপবো ?
কৃষ্ণনা লৌই পাই ফবে
দুর্য্যোধন লৈরম্বহু উবদা
হায়মা ! মহার জনা করিগী ?
নিংথোগী মতীক চানবু
হায়রকই অমূক হন্না কৃষ্ণনা ॥ ৯ ॥
কবি থবকী ওইববনো ?
অর্জ্জুন্না লাকত্রিবৈঙ আ-মমাংদা.
বার্ত্তোন লাক্‌পদি ঐনা হাল্লি

লালসি ঐগীদা য়াওবীকম থোকই, বাস্থদেবনা মোমোম্ন হায়,

চুম্মি য়াম্মুং নিংথোনা তাকপির,
অর্জ্জুনগীনা হানখরে,
বার্ত্তোন পীবা হান্‌ন কোম্ন',
চপ্‌মান্নে অত্তুনা নীমক্তা,
অমদা অমুক্‌ অমদ অমুক
অমময়া ঐহাক্কা চপ্‌ মান্নবা
অমময়া পাস্বোম মবি পানবা
লাম্মী লৈশিং ক্পানা শাবা
অসিনা অমদা যাওহনবা,
অমরোমদা য়াওবা অসগা,
য়াম্মুং নিংথোনা অহান্ন,
নহানা হান্না খল্‌হনবিগেবা ?
দুর্য্যোধন ওহাক রাখল তৌই .
ঐনা মশিংলে মকলে,
অচুম্বা রাখল কৈদনী ফংনি ?
ময়েংবা মপান্‌নী মহাউভা,
ময়েংবা মপান্‌গী মওংতা,
মরাঙ্গ কাজবা মীশংহুনা',
অসিগুম্বা মীশিংন শিংহুনা,
পোৎশক্‌ ফংনবা খন্‌বা নত্তুনা
মথন্তগীত খন্‌বা ওম্বা,

বার্ত্তোন খুৎনা ফংবনা,
বাত্তোনদি পীদবা হাম্ন লাকপগা
লাকপগা কৃষ্ণ ঐঙোন্দদি
য়াওজগনি শোযদনা॥ ১০ ॥
য়াওবা য়াদবা লাম্নিনা
অমময়া নারায়ণ অম মম্‌ ওইবা
শঙ্খ চক্র গদা পাযবা
নারায়ণী সেনা কৌবা তেঙ্গাল
খুৎলায পাযদবা ঈশন্তুনা
অনীসবু কনাবু পাম্বিবগে ?
যাম্মুংনা হায়া খনদ্রাগেবা ?
যাম্মুং নিংথোনা থোক্‌পা তৌবিয়ু ॥
থোয়রবা নাপল চাট্রবা
খল্লবা দুর্য্যোধনগুম্ন মীহুনা
মপানগী মশীঙ্গত ময়েংবা
মপানগী গুণত ময়েংবা
মপানগী মশক্‌ মবল্‌ মথুমদা
আশংবা শাহুনা কৈদৌনি ?
মবনাইগী ওহাক্‌ ওযজবা
খ্বাইগী কান্নবা খনবা খঙবা ওম্বন
ময়ানগী খন্‌বদি ওমদবা

পাণ্ডবদা মীগী বুদ্ধিনা,
মপাম্মি 'হুনা দুর্য্যোধননা
অর্জ্জুননা মিপাইরম্বদি
হায়বগী চিংনরম্বনি,
মপাম্বোম্ মরি মরি পাল্লবা,
শঙ্খ চক্রগদা পায়বা,
খুংলায পায়দবা ঈথন্তগা,
বাসুদেবগী মগুণবু,
নাবায়ণী তেঙ্গোল্ পুহুনা,
ভীষ্ম দ্রোণনা হায়বাম্ম,
কগে পাম্বীমক্ত পুবক্লবোই ?
নকুপ ময়াম্ খোম্লকলবোই ,
দুর্য্যোধননা চংখ্রবা তুগ্ভদা,
কাবনা তাকপিযু বাসুদেব !
তচুখ্বান অর্জ্জুন ! ঐ
খুংলায যাওদনা লাল য়াওনি
লালগী কবি অর্থনো ?
শবা মইহৈসু অতম্ লালি,
লালববু অচুম্বনা ঙম্লগা,
লাইবা ঈংনবা মশক্ ওই।
মচেক অঙকপা খুংলাযনা,
উংনবা লালহু নত্তে লাল,
য়াম্ব ৰজবনচিংবা মপানগী গুণত
নাবায়ণী সেনা খনখৱে।
বাসুদেববু খনথ্রগদবা,
হৌজিক্তি অনিমক পেল্লগ্রে।
নারায়ণমক্কা মান্নববা
লান্মী লিশিং তবাগা
কনান পাম্বগে হায়ববমক্কদা
দুর্য্যোধননা খঙ্বা ঙম্খিদে ॥১৩॥
দুর্য্যোধননা হস্তিনাদা হনখবে ॥
"চন্দন পাম্বাম পুবক্কহুনা
মণিমতং লৌন চংখ্রগা
অত মঙাযবে চ্যোক্‌শল্লু।"
অর্জ্জুনসু চিংনহুনা হংডক্ই
খুংলায পাবাববোই হায়বসু চুমত্রা
লান্দা খুংলায় পাববোই খক
জগত শান্তি পীগান ॥ ১৪ ॥
লাল্‌ব মশেল্ লাল্ শোক্লব।
মাহুনা জগৎকী শান্ত থুগাই
জগত্তা অচুম্বমক্তা ঙায়হুনা
খুংলায-লান্মী য়াম্ন পুহনা,
তৌব ঙম্বা হাৎপ ঙম্বা
মাহুনা লালগী তৌবকক্ম

মহুম ওইত্না লৈরিবা,
লৈবিবা কল্লকৃপা পেন্দবা,
অচুম্ব লাল শোক্লদবনা,
জগংনা হৌজিকফাও শান্তিগা
লোযননা

শান্তিগী পান্দে থিনবকৃপনা
মথরাই কল্লবা খুৎলায় নত্তনা
অতুন অৰ্জুন নহাকৃপু ঐনা.
নংগী রথ ঐনা খোগানি,
লমজিংবা বাংপনা জগত্ত.
অতুনা চংলো রারুন্
অসি হায়দুনা বাসুদেব
পাণ্ডুগী মচা মঙাগী,
ধৃতরাষ্ট্র-মচা চামগী,
কুরুক্ষেত্র কৌবা লাল্ফমদা,
খুৎলায় পাযবোয় রাশকপা,
মহারথী অৰ্জ্জুননা
হায়বকুই অৰ্জ্জুননা বাসুদেব,
তেঙ্গাল্ অনীগী মরক্তা,
ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংগী,
ঐখোগবোমগী মায়গৈদা,
কনানা কনাগা পান্নবা,

তাইবং থম্মোই লকানুংদা
অশাউববু ককপা ওম্দেদো ॥ ১৫ ॥
লাল্গী অর্থ খঙনদবনা

লৈবা ওম্দ্রে উনবি !
খুৎলায় পাযবা তোন্নরকখিনি ;
হাংনবা খুৎলায় শানবক্লোই।
লম্জিংগনি তাইবংগী লান্দা।
সারথি দ খুংলায় পাইদেদো
তাইবংন বেম্বদা মপ্পাই থাবি।
লাল্গী খেনাং কৌবম্মো ॥ ১৬ ॥
অৰ্জ্জুনবু বিদায় তৌখবে।
অক্ষৌহিনী তেঙ্গাল তংবংকা
অক্ষৌহিনী কবামাখোইগা
অকনবা লাগ্গাও খেনথি
বাসুদেবনা সারথি ওইদুনা
লালকম্ মযাদা চঙংকুই।
সারথি যেংত্না অসুম্না
রথসি চহাক্তং খাম্বিখো ॥ ১৭ ॥
মাধগৈদা য়াওবনা কনা কনানো
য়াওরিনা কনা কনানো ?
মীপুম থীংনা' যেংজহৌখিগে।

বাসুদেবনা হন্ন হংজুনা,
কাব রা.না অকন্বা!
লাল্ফম্ ময়াম য়ৌবগা,
লাল্ফম্দা মীশক্ থেংবনা ?
মীশক থেংলগা কৈদৌনো ?
ফ.ব য়েংদো সি হাবহনা,
..ম্মা ..অঙ্গ লু অনী॥
..জু.. ..দো ..হংগদবা,
..নগী মশক ..লচৈ
..হান্খগনি অকনবা!
অর্জুননা ..কহি অ.কোয়বদ
মা ..গেনীমক্ত য়াওবিবা,
..হৈগে নাইত মপা মচা
লাল্ফমদা তিল্লিবা মীশকশিং
মজানাই ঐহাক্ বাসুদেবা,
বস্থু লৈত্রবা সিংহাসন,
..ধো ভীষ্মগী মশাদা,
..সুক্ য়াম্বা শাগৈ নাইত,
..হন্না থাবা ঙমজবোই,
..গংসদা লৈরমগদ্রা ?
..সুক্ য়াম্ব জীববু,
চৌজবোই লাল বাসুদেব!

হায়বকই অর্জুন য়েংহনা
যেক্লবনা কোয়বদা থল্লবা
মীশক থেংগে হায়বদে ?
পুন্সগী অবোধবা লালফমদা
মপাল্মী শক্ত থেংনংবা ॥ ১৮
বাসুদেবনা বথ অক্তবু,
মবক্তা খান্থনা হায়বকই
থুনা য়েংউ, মশম্ য়াম্দে।
থেক্লবনা হাইজনক্পনা,
বাসুদেব রাহৈ ণাবদা
মাগী মাযগৈ মী' মায়গৈ
লাম্মী অযাম্ব মথৈদ
মক্ত লোইনা ওইবন্নে ॥ ১৯
উনদা অর্জুননা হায়বকই
লাল শোরবা ঙম্মরোই!
ক'বস্থ লৈদব লৈপাক্কীদমক
গুরু দ্রোণগী হকচাংদা
মকপ্শিংগী মশাদা
ঐমুক্ পুকচেল্ পীক্পসিবু
ঈশাগী ওইজব তানবদা
হিংসা তৌগে খল্লবা ?
কর্ম্ম থাদোক্চবগে ঐ

লম্বোইড়না চাক্নিহুনা,
ৱাহৈ অসি তাবদা,
পুন্শি-নথৌ লাল্কম্দা,
কৰি ৱানো মীওইবা ?
ঙাঙ্বা শারি মীয়াম্দা,
থবক্ত মশক্তি উৎঙম্দে ;
নচীন্নদি হায়বগা,
কবিগী হায়ঙম্দে অকন্বা !
সিংহাসনস্থ শক্ক মিংগতনি,
ৱাব তম্মু ৱাব হৈতবনা,
ৱাবব কান্দত ৱাব তাগন্নু
'নুংঙাইব'হুনা "অৱাব'গী,
সনা লুপাগী নুংঙাই 'বক্ত,
নুঙাই মবক্ত ৱাব হৈবনু,
যোগ হাযবদি তিন্নহনবনি,
বিষাদ যোগ কৌবান
অরা নুংঙাই খেন্নদনবা,
শক্কা মিংগা অনীগী নুংদা
নংনা ভাংপা ঙম্বা নত্তে
ভীষ্ম'দ্রোণনী হায়রিবসিদা,
ভীষ্ম'দ্রোণ নক্তবসিদা,
শুমহচ্চবিবা করিগীনো ?

উমং উমংদা চংখ্রগে ॥ ২০ ॥
হায়বক্ই বাস্থদেবনা ।
লাল্ শোরুগে লাহ্রগা
অহৈ অশিংগী ৱাঙাঙদি
নচীন্তদা মঙাঙিও,
"কবিস্থ লৈত্রবা সিংহাসন"
"করিস্থ লৈত্রবা ভীষ্ম দ্রোণ"
অকন্বা হায়বত্ত অহুনি।
ভীষ্মস্থ শক্ক মিংগতনি ॥২১॥
অবাব হেক্ হেক্ ফংবনি
নুঙাইবি খ'ম্নহৈদ ৱাব তম্মু'
শক লোগদব খিত্ত ঙাইবে
'অবাবা' মাবুস্থ কাওগন্নু
বিষাদ যোগী কোবনি
"অৱাব" তম্নব যোগনু
বিষাদ যোগগী পাম্নৈন
হোৎনৌ পঙগনু মীওইবা ! ॥২২॥
লৈবিবা শক-মিং লৈতবা মাদি
ভীষ্ম দ্রোণ মপান্দা থেনবনি
ভীষ্ম দ্রোণদি কদাযনো
ভীষ্ম'দ্রোণ থোন্জিনজবগা
মাদুহুম হায়য়ু মীওইবা !

পঞ্চভূততা মিংথোল্‌শিল্লগা,
করিগী নথৌ থাগনি,
ভীষ্ম নত্তবা চকুচাংসিদি,
জগত্ত উরিবা পোৎশক্‌সিদনি,
উদবা মাদি শকস্থু মিংস্থু,
উরিবা অনীসিদি শিজরবনি,
উরিবসিস্থু হাৎপা য়াদে,
কনাবু হাৎকনি খন্দুনা,
নাপল্ তৌবগে কিবগে?
নুংশিগে চায়রগা চান্নবা ভীষ্মবু,
নপা নচাবু নুংশিবদা,
মপান্দা মপান্‌গী পোৎশক্কা,
মাদ কনাগী মপা মচাস্থু,
থাঙ্গৈশংবা ভীষ্মস্থু মতাক্কি,
শিদবা ভীষ্ম দ্রোণ নুংশিমু,
কনাবুনো নুংশিবিবস্থ খঙ্‌দনা,
ওইরোইদব নংগী মাগীদমক,
চুমদবা মাগীদমক্কা,
খুংলায পায়য়ু পঙগনু,
অর্জ্জুননা হায় বাসুদেব!
মতুংদ লিশিংলক্ ফংব য়াই,
চন্দক উরিবসিনা লোইরেদো,

মাহুগী মিকানহুনা
করিগী পঙন্ পুনশি লেম্নি?
হাঞ্জবস্থু হান্ন শিজরবনি ॥ ২৩ ॥
শক্ক মিংগা অনীসিদনি।
অনীমক্ অমত লোইদেদো!
অদুবু নুংশিরগা কৈদৌনি?
উদবগুস্থু হাৎপা ঙমদে।
কনান হাৎকনি কিহুনা
হায়য়ুগবা মীওইবা!
নুংশিয়ু করিগী তৌশিন্নরি?
করিগী নমথাক্ তৌন নুংশি? ॥ ২৪ ॥
নপা নচাগুম্ উহন্‌বা,
ওইদবা মাবু নুংশিয়ু।
থাঙ্গৈশংবা দ্রোণস্থু মহাক্কি।
মাঙগদবা পোৎকী রাকুনু
মাগীদমক্ করিগী ধর্ম্মবু থারি
মীনস্থ চুমদবা করিগী তৌবি
চাউরবা মিংচৎ করিগী থানি?
হৌগংলু অর্জ্জুন চিংননু ॥ ২৫ ॥
সিংহাসন লৈবাক্ প্রজাদি
ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা শাগৈ নাতৈদি
অস্থক য়াম্ব জীবশিংবু

সিংহাসন অমগী দমক্তা,
রাহৈ অসি তাবদা,
তায়বক্তই অর্জুন খেংজনা,
লৈতবনি লৈতবগী লৈবস্থু,
লৈবা লৈতবা অনীতান লৈবা,
অনীব খণ্ডবা অখণ্ডবশিংন;
লেংদনা লৈবনা লৈতবগুম্,
ঈরৈ লৈতনা লৈবগুম্ উহনবা,
পুনশগী লালফম মযাইদা,
লান্নগা কবিগী মীওইবা !
মিংগী মকানদুনা,
মশক্ মামংগী দমক্তা,
লম্বাদা চৎপ হল্লেদ্রে,
ননা হান্নবস্থু হাৎখিনি,
নংনা কল্লবস্থু হৎখিনি
মহাকুতুম ডাকখোক্লব হোৎনহৌ,
অমনবা ফীজাল্ থাদুনা,
জীবনা মানা তৌজরক্পনা,
থাজনা অনৌবা তোংবদা,
খুৎলায়না কক্পস্থু য়াদব,
নুংশিৎনা ঈশিংনা, কহনব

কবম্না হাৎলু হাযবগে ?
মোমোন্নোক বাসুদেবনা
অমুক্তং লৈগ্রবগী লৈতবা
লৈতবনি তাযবসি মুন্ন খণ্ড,।
অনীগী মশাদস্থু মুন্ন খণ্ড
মাসিবু কৌবনি সাংখ্য যোগ ।
লৈবনা লৈনা উদবান
মায়া মাগী লাংদ তানু,
নখুত্ত খুৎলায় পায়দুনা
মপানুগী মশক্ মওংগী
কবিগী লম্মুরুবগে ?
মীনস্থ কিদ্র চুমদবা
কবি মতৌনা অকনবা ? ॥২৮ – ২
নুংশিবা নপা নচাসে,
শাগে নাকৈ ময়ানসে
অশিব কৌবা লাইহুনু
অহনবা অম হোংবগুম্
মল্লবা হক্চাং যীজোনবু
নহারু কারগী রাগনি ?
মৈনা চাক্পস্থু ডম্দবা

থুন্দাংপ ডম্দবা, মাগী দমক্ কার রাগনি ? ॥২৮॥

হৌবা মশক্ উহৌদবা, লোইখিবস্থু খড হৌরোইদবা

মবক্কী ঙহাক্তং অসিদা মীকুপ্তং শক্-মং পুরম্বা

মতাক্রা লৈবম্বা লৈখিদবদা, কানগী রাগানি মীওইবা ?

ভীষ্মদি নত্তনা ফীষ্ম কৌশিনবা, মপান্‌গী কুয়োম্ নুংশিদা

লোনবা অশংবা ভীষ্মনাদ, কোলোয় পূম্ব পুঙম্বা,

মানুদ ন্ন শব চম্‌দনা, নংগী কাবিস্থু পোক্লদবা

মৈ ঈশ নুংশংতপা, লৈপাক্র শাবা হকচা দা

ভীষ্ম নশানা থোঞ্জলগা, কানগী অমুক শুম্মাংলি ? ॥ ২৯ ॥

থরাই থাববস্থু লাল্‌ফদা, স্বর্গ শোয়দনা ফংগান ।

চম্লবস্থু লেক্লবাশব্, লৈপাক্ সিংহাসন ফংগনি !

লান্দ ফংগদব মহৈগা, জীব ময়াম্ হাংপগা

ঙলাইগী চা দম্লকবদগী, নথৌ থাদোক্কে নীঙ লেদো ।

অরা লেচাক্‌নীঙমদনা, ফংবাদ মহৈ পাম্মুবদগীনি !

থনক্তন তৌগদনা নানা, মহৈ তান্ন খন্‌ফদে ।

থবক্ তাবগী মহৈদি, মহৈ পামদনা তৌবত্ততনি ।

মহৈ খল্লুদনা লৌবগা, নীঙঙম্ব মহৈদগী হেন্না ফংবনি ॥৩০॥

কাল তোক্লগে হাথবদো, কম্ম তৌদবোই হায়বনি ।

কম্মবু থাদোক্‌পা ঙম্বাদ, জগত্ত লৈতে লৈস্থু লৈরোই ।

মকুপ অমফাও থবক্ পাঙমদে, নীঙবা মহৈদি থাঙম্মি ।

অত্তনা চম্বা-ঙম্‌দবা, ঈপা ইচাগী রাখলবু

থাদোক্‌না তৌ পুনশিগী লাল্, মহৈদ মবাইনা লাকচনি ।

মহৈ চাগে লাকপ নত্তে, থবক্ তৌগে লাক্‌পানি ।

হৌগংলু অর্জ্জুন অকনবা!
জীবনা পাম্বস্থু অদুতনি,
মপানগী কর্ম থাদোক্লগা,
মপান্ মশক্ মওংতা,
কীবা য়াদে ধনঞ্জয়!,
মপান্দ থাদোক্শিন্নবা,
থাদোক্প নত্তে, তৌশিন্নবনি,
মপান্গী কর্ম তৌদবা ঙাক্লা
জ্ঞান তান কর্ম তৌবনু
লীকং তেল থাদোক্লগা,
জীবনা তক্চাংদা লৈবিদৈ,
কনাস্থু চুম্দবনি মীওইবা!
থাদোক্কুনা চংখিবা,
জগৎসে কর্মগী মশক্নি,
অদুনা কর্মগী মন্থদা,
ঈশিং মনুংদা লৈন লৈন,
কর্মদ লুপ্তুনা লৈবা জীবনা,
অদুন মতৈ চাব চাদবা,
সন্ন্যাসকী রাখল্নু, নহাক্
নপামচাগী মপান্গী মশক,
মখোয়নু কাগননি রাবদগী,
মপান্গী ইন্দ্রিযতনা থাদোক্লগা,

লালগীদমক্ত লাল্ তৌ!
মাতুতন শান্তি ফংগনি ॥ ৩১ ॥
সন্ন্যাসী কৌবা য়াব নত্তে।
থাদোক্লে হায়বগা থাদোক্পা
থম্মোয়নদি থাঙমদ্রে,
পুক্নীংদদি খন্দুনা লৈবিবা
মীনম্ব নম্থাক্ তৌবনি মা।
তৌদবা কৌদে খঙজোও
জ্ঞান-সন্ন্যাস কৌই।
লাল্ফম্ থানগা থাব কৌদে ॥ ৩২ ॥
কর্ম থাদোক্পা মীকুপ্নতং
মপানগী মশক মমিংনুত
মীনম্বা সন্ন্যাসীত ওইগনু।
জগৎ হায়ববু হক্চাংসিনি।
জীবনা লেঙদনা লৈবনি।
ঈশিংনা চোৎহন্দবা চুম্দবগুম
কবম্না কর্ম থাদোক্কনি?
নথৌ থাগনু তাইবংও! ॥ ৩৩॥
মপান্দগী কারগী পোকহল্লি?
টংগা নুংশিবান হায়তুনা
কবগী সন্ন্যাসী শাশন্নবি?
থাদোকপা ওইদবনি খঙজোও!

কালাচান্দ শাস্ত্রী

# য়েৎথংবা লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন তুবা

১

লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন !

লৈরাং নংবু কবম্মা কাওবাসগে নুংশিদা !!
ঙসি কৌবা কোরৌদা পামেন পুন্স লোইনবোই !!
নাবন কোঞ্জিল লাংথবান চাজং মাথৈকে অনকপা
লৈবাক নংগী লমদম্মা শিংচেন নংগী নমিংবু -
চিঙনা লৈহাও কৌনৈদ !!
খুবাক লাইবেন নাইস্কুল, খ্বাই, রাখৈ অইতনা
পোকচৈব পান, মানবা চৈবেম খুঙাম লমদম্নে,
চিংনুংরোমদি ভুমুংবাউ পোইচৈব মচা মখৈদি,
তখেন ময়াং ফাওবগী নংগী বাবা শানৈদো !!
"লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন"
চায়না কোলোই কৌনৈদো !

লৈরাং নংবু কবম্মা কাওবাসগে নুংশিদা !
ঙসি কৌবা কোরৌদা পামেন পুন্স লোইনবোই !

২

লৈবাং নংনা কৌবা'দ —

লাইবু লাংদি থাকপগী পোইবৈতানা খিবদা
চাইদোন তানা হায়বদা মবম লম্লেন লমুংশি

লাংথবান্দি হায়ত্তুনা কোলোই পাওমেন্নববু,
লাংথবানগী লমদমদা লোকমায় খুদেং শাবদা,
লৈবাং নংনা হৌবনি !!
লাংথবানগী লৈহাও লৈবেন !
ওসি কৌবা কোবৌদা লৈরাং পুন্সি লোইববোই !!

৩

লাংথবানগী চিংগোন্দা লোঙ্গৈবী নংগী নথক্তা
নবোই চাওনা তাবিবা খোবুম লাংথবান চাওখুন্নি !!
চিঙগী চিঙয়া নোংপোক্তা মালং ইচিক তাব-লম,
হৌবিবান মাহুদা শিঙেন চিক্লা লৈনম চাও !
লৈবাং নখোংহুদগী তমথবকপা নোংপোক্তা ,
মাখোক্লনা লবুকনা খোনা শম্লাং বাই বাই লাও !
তুবং তুবং লৌববা ! হানৌ তূম্মৌ লোয়নবা
লম্পাক, লৈতাং, পাল্লনা সংন তুম্ন খোয়ন তা !
কুমগী লাইজ ইচুম্ন গুপ্পৌ তুমনৌ তিংগাইগী,
ইখৌদাংবা কোক্লমই । কোমদা, লৌখোং, লিল্লমদা ,
পিক লোইবা ইচেম্মা, লুপা মাত চেনবগুম,
লুপা তাবা নদৌগুম, ফৌনা লক্ত চেনাসল্লু
চাদ লাংখোং খাহুদা অমুক তম্না চেস্তোরক !
লমদম পুকনিং হুারবা !!
পামেন নশক শেমনবা শকয়েং মিংসেন ওইরিবা,
লৈশাং হিদেল লাইজ্ঞনা নিক নিক, লৈরাং থম্বান-শাৎ !

লৈশাং হিদেল তোর্ব্বান্না—

খোবাংলম্বা লম্বীনা চৌবোক চৌনা তুবৎ-তুপ !
ফীগৈ অমা ওইনা তা। লম্বী লাইজ রাংমদা ;
কিযামগৈ, খোংজু হায়না ; লিলোং ফাওবা তাবনা ;
তংখাই কোয়ব লবুকনে -- খুঙ্গংসগী তাইনবা
রাংগান উংতান খুন্দোন্নে ইশং শংনা শমনবা,
লিরুং শান কোযরিবা লমদম সিগা মায়পোং-ওই !!
মবম লমলেন লাংথবান চবুগৈনা লোইখিবা !
কাঞ্চিপুব লম্মহন, তম্ফা কোলোই নিংথিবা !
অরা মিতম থীবগী পাপকা খুত্তে মৈতৈবু !
পোইরৈ কম্বিহৈবকপা গম্ভীরসিংহ লানানংথো !
মপুই কোন্নুং ওইখিবা ! লমদম ওইনা শাৎপনি !!

লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন।

শিঙেন নংবু কবন্না কাওবসগে মৈতৈনা,
লৈবাং নংনা তুবদি কবম হাযনা য়েংসিগে !!

৪

চিচয়া-লৈরেন য়াইফবী !

শিঙেন নংগী লমদমদি — কাবশিংগী মবুক্তা
পুসিনবদা চনদবা পাক চাওবা লমদমনি !!
তুার, কলম অনিনা মাল্লবনি য়েকপদা !!
নিংথিরবা মায়কৈন নুংশিরবা মফম্ন !
বসন্তগী কোকন্না চিকপ পাম্ব তাম্নানা,

নিংনবদা মফমসে ফংনদবা চিংগোন্নি।
হৈবাং মরুক খোয়দবা মকু তিংখং পানবদি,
অশীবদি থৈবোংবু নৎতনদি তৌদবা
অতৈ হৈবাং লৈশাংনা ইকাইনৈদো নগাকপু।
লমদমদি চিরু নদোম শাৎপনি!!
"লাংথবানগী লৈতাও লৈবেন"
হায়না কোলোই শরুবা!

লৈবা নংবু কম্না কাওবাসংগ ন্নাসদা!
চাস কৌবা কাবৌদা পামেন প্লাস লোইবাবোই"
অচৌবাদ নশানা লোইবী চাংখাং আসদা—
কবম হায়না রাসিংগ তাৎবসে লৈবাংগ!"

৫

তলা চাওথোইবর্নি পামেন পুন্সিংবান—
পোইবৈ লৈ শমহৈদী পামেন নংবু য়াওবা'
কুমশিং হাদি অমসা আসগম্বা নিপানা,
থাবথনি হসংসে লাহা ওম্ভ্রবানি"
হৈবাক চিংদি লাংশান খৌবুম চিজনা পুন্দানৈ,
বাইসেনা লাঙ্গনা মনিল্লা চন্দ্রনদী তুরেল্লা
ননা তুরেন মচাশিং লৈবাং নংখাং হামজরি!!
নঙ্গন তুরেন মনিল্লা লৈবাং নংখাং সেংজংগ,
থিজরকপদা নংবু—
খওদত্তনা নখুদা চিঙজিন নপ্তুনা

চেঞ্জররি চিঙখোংদা তুংওইননা নহাক্কী।
ইম্ফান তুরেল অচৌবা মমায় মখা পাংতুনা
লৈরাং খোংগুল লীরকপা, ইরন কৌবা তুরেল্না
শিঙেন নপাও তাগেদি চংলকপদা লিলোংদা
তুরেল অনি রাতানৈ। নংগী নগুণ অতুনা
লৈরাং নপাও হংবদা ঙম্নদেদো অনিমক,
লৈরাং নখোং চংদনা থাপ্প নপাও ঙাইরকই
লোইদাম কুইরে লৈরাংও!
নম্বুন কৌবা তুরেন্দি চন্দ্রনদী কোরবা
লৈবাং মখোং হামমকপা, শিঙেন সংগ তৌরকপা,
লৈরাং মনম চেল্লবা তুরেন মাগা তিন্নৈদো।
হিয়াং থাংগী মখাদা নম্বুল লাইবক ফাখদো!!
লাংথবানগী লৈহাও লৈবেন!
শিঙেন নপাও তাবদা খৌরাংদবা কনানো!
নংগা বায়নবসিদা ঙাওনরেদো ময়ামসে!!
শিঙেন নংবু কবন্না কাওগদগে ঐখোইনা!
ঙসি কৌবা কোবৌদা শিঙেন পুন্সি লোইরবোই!!
পামেন নংনা তুববু করম হাযনা যেংসিবা!!
লৈরাং নংনা হৌবনা নিংথিবদি লমদমনি!
সনা কোন্নুং সেম্নৈদো লৈরাং নংগী নগুণনি
পোইরৈ লৈপাক অসিদা নংগী লমদম সুম্ববু
কদায়দসু উদরি উররোইদো থাজদে!!

লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন !
লৈরাং নংবু নুংশিদা কাওররোইদো মৈতৈনা
ঙসি কৌবা কোরৌদা লৈরাং কোলোই মাঙঙবরা !
নপান নরা ফুক্কুনা লোইবী চিঙমায় অসিদা,
তুরিববু নহাকনা পামেন কেদৌরবগে !!
শিঙেন নত্তৌ উবদা থবাক মৈগুম সারেদো !
পামেন নংনা তুবনা লৈপাক মায়রোং লৈত্রেদে। !!

৭

লৈরাংনা হৌবনা —
লমদম সিন নিংথিবা পামেন কবি হায়সিগে !
গোবিন্দনা লেংলকপা পোইবৈ লৈপাক অসিদা,
ফজবদি লমদম্বু থিরকপদা অহানবা
থেংনমাল্লে হরিনা !!
শিঙেন নংগী লমদমগা হৌরম্বদি উবদা,
পামগ্রহুনা মহাক্না নংগী মানবা থিহুনা,
কাইনা কৌব চিঙহুগী লোকমায় খুদেং শাবদা,
মাগী তীর্থ শেমমাল্লে নংগীসিদা পাম্ববু,
ইকায়হুনা কাইন-দা তোংদোকখিবা মাল্লিদো !!
লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন !
পাম্মুইদকো শিঙেনও ! পামেন পুন্সি লোইরবোই।
অচৌবদি নশানা লোকমায় থক্তা তুববু
করম হায়না য়েংসিগে !!

৮

'চিকপা চিঙগী চিঙয়াদা মায়কৈ ইশং-শংবদা
সজিবু কালেন থাজগী উনা রানা পুম্বনা,
লৈরাং নংগী ননা-না ঈশং শংবা মতমদা,
সনা মচু ওমজনা ইঙাং-ঙাংনা শাৎপদি,
অমুবা কোরৌথক্তা
উরোইদো মতুংসে।
লৈরাং নশক মানববু লমদম কৈদ লৈবগে !!
× × × × × ×
খ্বাইগী লৈহাও হায়বসে পুম্বুম শাৎপা কৌবদি
পোমশাৎনবা হায়দুনা মতমখিত্তা লৈনৈদো !
মথোন কারকপা হায়রিবা নুংশিবগী শকক্ষমদো,
ঙাংই মথৈ পকচবা য়েংই মখৈ নুংঙাইবা
তাংলবা মতাংদো কুইনদেদো খ্বাইগীদি।
লৈরাং নংগী নওংদি হৌজিক শাৎপা ওরাংগী
ওসিগী পোমশাৎনবা করিমতা খেন্নদে।
পোম্বোম পুম্না তাবদি লৈনা মতা হাইদোকতে।
চফু শানা লৈবনা শিঙেন নংগী নওংনি !!
লাংথাবানগী লৈহাও লৈরেন-ও !
কাওগ্ররোইদো নওংদো লৈরাং নংবু পাম্মুইদা
ওসি কৌবা কোরৌদা শিঙেন পুন্সি লোইরবোই !
তুরবোইদো নহাক্তে !!

৯

ৈলরাং শক্ল হেল্লগা শিঙেন গুন্না ৱাৎপরা,
ৈলরেন গুন্না হেল্লগা শিংঙেন শক্লা ৱাৎপরা,
ৈলরাং তুম্বু নত্তেদো !!
ঐগী পাপকী নাতোন্দা ৈলবাং নংনা থোকপদা,
ঐগী ইবুক অসিবু থুংহনবিদো নহাক্না !
ভক্তশিংনা নম্মগা ভক্তি পোকনৈ অতুম্মা !
মথোনকাব নাবানা নম্মবস্থ তুমঙাই !
মানা মানা নিংবদো থুংহনবিদো নহাক্তি !!
"কল্প বৃক্ষ" হায়বদো ৈলবাং নংবু কৌইদো !
থোজাল হৈবা হরিদি ভক্তদগী লাম্বিদো !
হবি মথোং থম্বানগী ৈলবাং ৈলনম অদুদি
ভক্ততনা থংইদো — ৈলরাং নংদি খ্বাইগীনি !!
অঙাং কাওনা পাম্লেদো ! —
ৈলরাং নংগী নগুণবু কবি হাযনি ঐহাকনা
ৈলহাও হাযবা ৈলবাংসি —
থাম্লপ নম্ম নুংশিবা নকশিল্লগা খুংশিবা !
শিংঙেন মরাক চাম্মগা ৈলনম হোংব-ঙাক্তনি !
ৈলরেন কোলোই নিংথিবা চিঙয়া ৈলরেন নহাক্তি,
নক্ল নম্মে মনুংশি থাম্ল নম্মে মনুংশি !!
কোরৌ শিংবুম কয়ানি চরৈ খাদা থাহুনা,
লুপাক নুংদা থম্ববু ঙসি শাৎপ নদৌনা,

ঐনা নংবু কৌজরি। নংবু খুমথরোইদরা ? —
ঐনি লৈরাং তাবিয়ু,

অতুবৈ —

শম্মা° কোয়ককনরবী নংগী নওং নদোনা,
লৈবাং পুন্থুম তাজবী, খুৎতা এন্দায় পায়বিনি!
নুরাশিংগা লোয়নননা লাক-অম্বদো ননাক্তা।
শিঙেন ননাক য়ৌবদা "লাকসি লাকসি" কৌবদো!
সুম্ন খংনখিবনি লৈরাং নপাল হেকপদা !!
ইহান হানবা নহাক্কী নপাল অমতং কংবা
মতমতুদা ঐখোইনা পামথ্রহুনা মুন্নেদো!
"হেকই মখৈ মান্ননি! মুন্নগনু ভাইখোদা!"
হায়না নংনা ন্নায়েনবি। যেংজবদা ঐখোইনা
"মান্নে চুমই" হায়জনা তোকনৈ ঐখোইনা নোক্তুনা
ঙসি কৌব কোয়রোদা ঐগী ইশক খংদ্রবোই।
ঐগা লাকমিন্নরম্বা নুবাশিংস্থু ঙসিদি
লৈরাং মন্নাক চামখরে, ঐদা নস্তে খোৎখোৎপা।
অতুবৈগী শকক্ষমদো মাদ্রে হায়না কৌদ্রবোই।
ঐনা কৌব খুমদ্রবোই খুখিয়ুবা লৈরেল-ও!
মৈতৈ লৈপাক অসিগী পোকখিবদি পোক্লিবা
পুন্নমক্লা নহাক্তি খংনদবা য়াওদেদো!
লৈরাং নখোং অসিদা য়োরক্কবা য়াওনদে।
মরুপ য়াম্বা নহাক্লা য়াম্নন্দুনা কাওবরা ?

লৈরাং নংবু — ঐহাক্না —
নুংশিজৈদা ! করম্না কাওরসিগে লৈরেল-ও !
ঙসি কৌব কোরৌদা শিঙেন পুন্সি লোইরবোই !!

১১

চোংলেল লিলেন-খাদগী তম্ফা য়াইরং চান-ওইবী,
লাইর-খাংপোক নুংদগী থম্বাল লাইবক থিরবী,
লৈরাং মখন কয়ানা লৈবেন নংগী নখোংদা
য়ৌবক্তবা য়াওনদে। লৈরাং নশক উরগা
পুক্নিং পেন্নে নুংঙাইনৈ। অনি তিল্লে য়াওরবা ;
তরা তিল্লে চিৎথদা — য়াওবক্রবী নহাক্তি !!
মপু কাদা মনাইনা, মনাইশিংদা মপুনা —
অপাম নুংশি, শাগৈ ঙাই — চন্নু নিঙোন থিবদা,
পলেম পন্থৌ ওইবনা য়াওরবনি নহাক্তি।
লৈবাং নগুণ তাংহনা নুংশিসন্নু খন্দুনা !!
লৈরাং নংবু অমতং নাপ্ন থক্তা থেৎপদা
পাখং শক্ৰী তেংবাংলৈ। নুবা শন্নাং থক্তুদা
থেৎলুবগা অমুকসু শন্নাং, চেংলৌ ঙান্নরৈ।
মীওং মীশক নাইদনা লৈরাং ইচন চন্নরৈ।
লাংথবানগী লৈহাও লৈরেল !
ঙসি কৌব অসিদা পামেন পুন্সি লোম্নবোই !
চিঙশা নাপোম নদোনা নউ অচৌবসিনা,
তুরিবসে করম্না য়েংলসিগে পামেল-ও !

১২

× × ×

——— মানি !

——— অদু ওইবেকো !

চুমই !

হৌজিক মকসু য়েংউসে ! লেপইবা নূবা পাখং
মহাক ননাক অসিদা। নপাল হেক্ক লাকপনি
নংবু তুরে হাযদুনা মিংতা পিবু তানবে !!
কয়া অমা লাকহৌব কেংগাই অমা হনখবে।
নূবা পাখং শিংসিনা পাহম নিংবা কাযবিবা
লৈবাং কনম য়েংগাগে !!

——— লৈবন কবি রানোদা !

কোরৌ খইক্ত নাহাক্না তুবকপদা নপাল্দি,
তোক্তবে লৈবাং ওইদবে কদায হেকউবদাগ !
লৈবাং নংনা তুবিবা নংগৌ অসি উরগা,
হেকটগনি কনন্না !' যেউ য়েংউ পামেল ও ; —
নংবু তুবে হানহনা হনখনবে লাকপানে,
অশংবা লম্পাক থক্সিদা মাহেক মাযোক লেপইবা,
নিংতা পিবু তাদুনা নংগী নপাও হংনাব !
পামেন নদি উদ্রেবোই মীনা পুমজৌ ভৌখরে।
লম্বী চৎপা মখৈসু লেপ্লে লম্বী থক্সিদা।

থবকস্নুবা কাংবুস্নু থবকস্নুবা থাদোক্লে।
লৈরাং নপাও তাবদা কাওবা য়াদ্রে নহাকপু।
নংগী সংগ ওইবগী নংগী লমন তোনবগী
পোইরৈ লৈপাক কপ্লরে !!
লাংথবানগী লৈহাও লৈবেল!
করম কায়নরাসগে শিঙেন নংবু নুংসিদা!
ঙসি কৌব কোয়ৌদা পামেন পুনসি লোইরক্রা!
নরোই হাওগী মখৈনা পামেন নংবু য়েংহুনা
লৈবেন ভুবে হায়হুনা তৌববাস যেংউদো।
পোম্ব চেল্লা ফাওবনা ঙাওনবেদো নস্নুংলাং।
পাম্মুহন্দকো লৈবাং-ও !!

১৩

লৈবাং মিংদ তারগা শিঙেন শকতি উদবা!
স্বর্গ লৈংকান নুংহুদা শাৎলি হায়বা লৈবাংদ
পাবিজাতি কৌনবা লৈবাংতবু নংলনে? —
"ত্রৈস্নু খুন্দাকপনি বেবা কৌনৈ পুবগে।"
হায়বনে মহাক্লা থৈবকপবা অসদা?
ঙসি ফাওবা অসিদা লৈরাং নংবু উবিবা,
উজখিবা পুম্বদো— লাইবক ফবা মৈতৈনি।
উরহোইদবাগং লাইবক খিদা মখোইদো !!
লাংথবানগী লৈহাও লৈবেল!
কোলোই মণি থাম্ব-লৈ!

নংবু কবম কাওসগে মৈতৈ ঐগী ইপোক্তা !
ঙাস কৌব কোরৌদা লৈবাং নংদি লোইরেদো !!

১৪

পামেন নংনা তুবদা পোম্ন. লোয়নবিবসে
মাঙকদবা নপাম্নি লোযনখরো নহাক্না ।
শাংলুবোকো স্বর্গদা । শাংলবদি মখৈসে
তাবসনু অসুম্মা, পূন্য ভূমি শেম্মন্মু ।
লৈবাং নংনা তুবনা "শিগদনি" খ-সনু !
শিঙেন নগুণ শকতৌবা "মিংচৎ মাঙদে" উসনু,
তাইবং পাউতাক উৎতুনা মাংখ্রগেবা নহাকপো !!
পামেন নংবু তল্লকখো অমুক পোকমিন্নখিসি
কাওগনুকো নহাকনা পলেম লমন শিংখিসি
ইমায় লমন লোইদবি -- তল্লকখিসি পামেল-ও !
পোকমিন্নবা নহাকনি ইমায পুক্তা পুত্তুনা !!
ইচিল ইনাও পুম্বগী মিৎতা পিবু তাবনা,
নংগী নথৌ শক্সনু ননিং থুংদে রারৌনু !!

× × × × ×

তৌবিমনাদ খংদ্রবা থমোই কনবা ঐহাক্তি,
নংগীদমক হায়দ্রনা মিৎত পিস্থু তাদরে,
রাবৌগনু পামেল ও !!

অকংবদি কোলোম্নে অমোৎপদি মুক-কনা
পোইরৈ থমোই লমপাক্কী চেকয়া ওইনা য়েকচগে !

নিংশিং মন্দির ওইসনু নিংজগেকো ঐগীদি !!
লমদম অয়াম্বা খাকচগে, মরল লৈবা মৈতৈনা
ইয়াম্বা ইনাও খিবিক্লা ঐনা শোকচদবদা,
নিংশিং খুদম ওইনবা নংগী মন্দির কৎসনু।
নংগী মুর্ত্তি লাৎসনু নংগী লমন শিংসনু ॥

লাংথবানগী লৈরেল !

শিঙেন রাবৌগনুকো উথ্রেরোইদো নংবুনে !
———— অমুক হন্না তুংসিদা !!
ঙসি কোরৌ অসিদা নংগী পুনসি লোম্মবোই !!

১৫

নংগী ওয়দা চৌজবা, লৈরাং নথং ওইরবা,
মপান নাবোয়নজবা লৈরাং পাম্বি সিমনা,
কপহৌবিবা অসিদি উদ্রেবোইদো নহাক্তি।
কোরৌ নোংগ নুংশিৎকা সিনা পামেন নহাকপু
হুমদেক্কনি হায়বদি থাজদেদো অসিবু
অচৌবদি নশানা কোকতোন হেন্না রাংমখৈ
পামেন নংনা য়াতাবা নতিকচাদে খল্লিদা।

নংগী নুমিৎ স্নুরবোই ॥

শকাব্দ লিশিং অমা চানিপান য়াংখৈ মাপনগী
জেষ্ঠ তরা তরেৎনি। কালেনগী থাজ হায়বগী
কুনমাথোইনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী
নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা পামেন পুনসি লোম্মোদি

থমথ্রবোইদো বিধিনা !!

নপাম লমদম স্বর্গদা য়োরবরা লৈরাং-ও,
মৈতৈ হায়বা লৈপাকপু লৈরাং নুংশিত্রবরা ?
নংবু করম কাওসিবা নুংসিনকো লৈরাং ও !
ওসি কৌব কোরৌদা পামেন পুনসি লোইরবোই !
পামেন শাংবা য়াতাবা তলা মতাং ওইরবোই !!

হিজম্ অঙাংহল সিংহ

৩১।৫।৩৭ ইং।

## "থিবা"

ওলাং থাগী লৈরাংনা
নোক্ক নোক্ক য়েংলিনা
নিংথমথাগী লীক্লানা — কপ্পা কপ্পা থিরিবা
মালং মপাও কংবদা — মুরুম মুরুম শোন্দুনা
বসন্তগী উনানা — লৈরে-লৈরে ঙাংনবা,
কদাইদা লৈ নহাকপু ?

ঈঙা থাগী নোংলেম্না
খোঙ্না লাওনা কৌবদা
লাংবন থাগী নুংশানা — থমোই চাক্ক হংবদা,
মেরা থাগী থাবলনা — অ'চকপদা খিষদা,
চীঙ্গোয় নপাও তমদবা — চেংলৌ নশক উক্তবা,
কদাইদা নৈ নহাকপু ?

লোইবী চীংনুং মাগুংদা,
তমগী উমং রামংদা,
কোকিল, পিথাদোইনা — তাম্ন কৌবী চেক্লানা.
অহিং নু খিল নাইদনা — তান্ন ৩ ম্ন কৌ'বব',
হীকহৈববা খোঞ্জেল্গা — মেঙ্না মেঙ্না শে'ল্লব ,
কদাইদা নৈ নহাকপু ?

লোইবী চীঙ্গোল লোকচপ্তু।
পোকপা ঈচৌ তুনেম্না,
তম্পাক তম্ন লাল্লগা — লাইজ ঈবোং ফাতুনা
খাবম পাংনা চেন্দুনা — বল্ল লাওনা তানবনা,
খাগী উমখৈ পন্তেদা — নেমদম অমা তোপ-তেগ্না
নৈবনে - নহাকৌ ?

পৃকচেল তম্বী মালেমগা,

ফিশং শেৎপী পলেমগা,
তাওজীং হৈরাঙ্ কোকখোংন — শীঙেল লৈরাং লৈয়োম্না,
লোম্বোক্তবা নোংমদোন্দা — ফোঙ্দোক্তনা য়েংহুনা,
তাওজীং হৈরাঙ কৎচবা — লৈরাং লৈছন তমজবা
লৈবরনে অতিঙাদা ?

নোংঙাল্লমদাই শজীক্না
কোবৌ ঙাইনা মাঙ্খিবা,
নুমিদাংবাইগী থবানা — থাজতম্না পাওদম্বা,
লৈচিল নোংফাই মপৈনা — মালং হুকথেংনবদা
লৈমায় থক্তা চোইজাইনা -- লীক্লাগী পিরাং শিন্থবা ;
কনামগুং লাংগীনো ?

নুমিদাং থাজ থানিল্লনা
থরো লৈশাং তক্ষনবা,
নুংথিল কোবৌ হনবনা — থম্বাল লৈকা ফল্লহনবা,
লৈবাং মাগী লৈরীক্নুং — শীঙেল মাগী লৈয়োম্নুং
লৈরাং' লৈহী তুংফমদা -— লৈনম লৈনিল লাংফমদা
লৈবরনে নহাকপু ?

পীক্লবা নমু পুন্সিদা
নংবু চাওয়েং য়েংবদা,

তাইবং পুবা মালেম্না — নৈন নৈন কোয়বদা
তরঙ-মাঙলঙ মকোয়দা — মচুগী ঈথক ঈপোমদা,
য়ার! ঈনিঙ পুন্দুনা — কোলোয় নপাও ঙংলিবা
কদোমদনো নহাকপু ?

থরনস্থু হায়নরি —
অরাপ্পদা নৈবনি,
কয়ানস্থু শোন্নবি — অনকপদা লোৎপনি ;
নহাক্কীবু নৈফমদি — খঙই ঐহাক্তি লোন্না।
তরক্কবা চেংলোদো — তনিক তনিক ঙানবদো
উরি ঐদি হৌজিকস্থু।

অরা অনং খিবিক্কী
ঈরীক্রুংদা হুমাংগী,
তশেংলবা নহাক্কী — তথক্কবা কুচু নৈ।
মিৎলু নাপোম অনিগী — ঈরোন্নুংদা পিরাংগী,
উঙমদ্রবা নহাক্কী — উনীঙলবা নঙাল নৈ।
উার ঐদি হৌজিকস্থু —

চাক্লিবশিংগী মচিন্দগী
থোরক্লিবা ঈশৈদো
নীঙবা কায়রবা কনাগী — নুংশি নুংঙল মপাওদো

কায়না মৈশা লাংবগী — অহৌরূবা খোঙ্গ্রেলদো !
অরা পোংলুম্নবগী — অহোৌইনবা খোস্থোক্তো !
নপাও খোন্নী নহাক্কী ।

ঈথক পন্থেং কনবনা —
শমুগী কায়াৎ কায়রবা,
পঞ্জিরমদাই যৌহুনা — অযৌ পান্দম লাক্লবা,
নমু তাইবঙ্ মীওইগী — চীক্লবা থমোই উমংগী
পাযমা পুক্লিং লৈকোন্দা — চীক শাবা লাইশঙদা
শোয়ফক্রবা নহাক্কী
লেঙ্ফক্রবা লৈকম্মি । —
খঙলোইদবোই নীঙববা ?

এসঃ নাদযাচাঁদ সিংহ.

পাম্ব কৈবেন উবম্মি
তেন্দ তেনগা থোংলম্মি
কৈবেন হাংকে তাল্লম্মি
মনাই মশল লোয়নন।
পাম্ব অমা তান্নবা
কৈ মশক উখিদ্রে
মতৌ অদু উবদা
মোইবাংনিংথো পুবীকলাই
রা মচেৎ ঙেঙ্‌খিদে
নুমৎ অদুগী শাতানবা
ভূমিন ভূমিন হন্নবে
মপু পূরিঙ্ খঙ্জবা
মবাঙা মতৌ উবদা
তুম্ব হীগ্ন চঙখিদে
ঈনুং শোবা তৈত্রিদৈ
মহুমদা চেন্না ভূমলিদৈ
কেগে কনা তাক্কনা
অকনবা মথন চৎলম্মি
অস্পন থোকউ তম্বনা
ঙবাং কৌবা নুমিত্ত
কাচিন কোযা থুংলম্ব
অউপ্প উনা লোংলম্ব

মোইবাং নিংথৌ লাইজীঙ খু
পাম্ব মতুং ইল্লম্মি
ওন্থোকপগী মতৌনি
অকল অথৌ তিন্দুনা
অশোঙবা উদক অমদা
অমুক থিবা খঙখিদ্রে।
শা লোংখববদা
তাঙজ মাযথোং মল্লম্মি
নুঙাইতবা কোকখিদে
য়াবৌ অমা ফংখিদে
মোইবাং কোনুং তম্নবে।
পুবেনবদি অকনবা
সনা পূরুঙ মকপদা
সনা মায়থোং কাউঙনদে
কোবৌ মশক উদ্রিদৈ
কাকনা লানবাউ চেন্দ্রিদৈ
মোইবাং কনা খঙদনা
তোর্ব্বুঙ্ লমদম পাংলম্মি।
চীঙ থাংজীঙ নোংদম্ম
মোইবাং অকন অথৌনা
অবোনবা মফম ফোঙলম্ব
থিব থির লোংখবা

পাম্বু কৈরেন অবাংবা
ঙসিদি মাংদ লেপ্লরে
ঙরাং কিংথৌনা উবদি
ঙসিদি মথন নংজমদে
মবী মবী থোক্কলে
খুদাং খীবগা তবাউবা
খমন নপা অথোবা
মমিৎ থুপ্প মাংতৌনা
শাজা হক্ত লৈবগুম
নংপা নাওম য়েংদনা
মচেদ চানব কেশদে
থৌরক চশীক্ত মাংতৌনা
পাম্বু লক্না ফুজাল্ল
খুংলাই মংন তাদুনা
চৎনা ফাগা নিংখিবা
মথরায় শৌবা উবদা
হাকথনবা লানফমদা
খূপাক খদমনা খুংলাইনি
লাক্নুনা লংবনা কোঙ্গাবনি
তিংখংনা তিংখং তনবগুম
পাম্বু অম ফাবগা
শা-াহং চাবা শাশিংদো

মমিৎ মৈবুন থান্দুনা
খূমন 'চা-গা থেংনবে।
পাম্বু অমখক্তান
শা-কপ ফানা লৈবমলে
খূমনগা শংত্রক য়েংনবে
রাবি মখৈ নোকচবা
কৈ মযাম্না কোযাখিবা
চবাম্বা নোংশানা
মাংদা চীঙ্গাক ফংবগুম
শাবাক চাউনা লৈবগুম
তোদোঙ মচাগুম উবকলে
চৎনা ফাগে নিংলকলে।
অমা অনি তারোকলে
পাম্বু কৈগা থেংনবা
হাবব ইন্দবা খূৎলাইনা
শাউনা খূংলাই লংথোকলে
শা-গা মীগা থেনরে
খোচেন কাওবনা কযানি
নুঙাইবা কুম্মৈ অমনি।
যোৎনা বোৎ ককপগুম
পাম্বু তমনা ফূজিল্লে
ঙম্না মশা চোকপরে

শোর থবেৎ হোন্দুনা মগ্না কোংগোন কাদুনা
মরৈ শাংনা তমদুনা তুনবসু য়াওরকলে
হাইফেৎ কনবা খরনা অকনব মতৌ উবদা
অকিব পূকচেল লোয়ননা চেন্নবা থৌরাঙ তৌরকলে
মমৈ মখা ওন্থনা হন্ন ফাওবা য়েংদনা
মথরায় মাঙব কিদনা চেন্নবসু য়াওবকলে
শা-গী তেংগোন কায়খরে খূমন মনাক নকচমদ্রে
চেন্নখিবা উবদা নুংশা থীবা লোযননা
কোক্কী চবৈ থোক্কুনা তান্ন তান্ন ফারকলে
কৈ তরেং ফংতৌরে অতৈোম ঙম চেনখরে
তাইবঙ মীরু কিববা অকনবা মতীক খল্লবা
পাম্ব কৈরেনশংদুনা অমোনবা লনা প্লনবদা
চীকথৎ খোক্তুৎ তৌদবে মথবায় থান কিবনা
মমিৎ মনা টইথবে কাউবা কূইগম কেবকলে
অশিবা কৈনা লেংথক্কা অচ্চব শানা তোইদনা
য়াউগী শম্লুপ মতৌগুম অবোইবা কূই প্লবগুম
মাচ্চদ কৈ তোইরকলে মোইবাং লমদম পালকলে
অউবনা চক্রবে কিবনা চেনবা য়াওনবে
নূপী নহা মথৈনা খূমনবু চৈবসু য়াওবক্লে
অসূম তৌবা মতৌনা মোইবাং খুল্লক প্রজানা
অকি অখং লোয়ননা নিংথৌ নাকোঙ য়োৌখবে।
খূমন মপাউ তাবদা অকনবা মতৌ খনবদা

মোইরাং নিংথৌ ঙকখরে
সনা পুক্নিং পেনখরে
থূমননা লাকপা ঙাইঙমদ্রে
অচঙ্‌ব কৈ লোয়নননা
মোইরাং কোন্নুং তম্লকপা
সনা মিংথেং তারকলে
কেগে থাঙজীঙ্‌ মতৌগুম
তাইবঙ্‌ শক্তম লৌহ্ননা
অথৌবা মনাই উবদা
পেনবা ঙমখে লৈতরে
থূমন মাবু ফংজবা
নিংথৌ লাইবক ফবনি
রাখল অসি খল্লকই
লেন্নজগে মতাগুম
হৌনা তামনা কৌরকই
'চঙ্‌শিল্লকউ অকনবা
নঙ্‌গী নপান তাংদূনা
অকনবা নঙ্‌গী লম্বন্দি
লম্বীদা হৌবা পামেলদা
অকনবা মানা কৈদৌবা
রাখল অসি খল্লবা
পাম্ব কৈরেন মখৈনা

সঙ্গাইমুংদা লৈঙমদ্রে
উনিঙ্‌বা ময়াই হেনখরে
তক্ফিং তক্ফিং লেঙ্‌থোকলে
থূমন পারেম্ব মচানা
তাউব হূইগুম হোইরকপা
তাইবঙ্‌ কূম্মে ওইনরে;
মোইরাং লৈশেম মপুগুম্‌
কৈনা শাদোং ওইবগুম
অকনবা থূমন মতৌদা
হরাউবা পান্দম নাইদরে।
মনাই শীঙ্‌দ চঞ্জবা
চীঙ্‌ লাইগী থৌজাননি
সনা মায়থোং লংলকই
খঙ্‌জসনু মওঙগুম
সনা য়াথং লাওরকই —
থূমন নোংয়ায় অথৌবা!
ঐনা নিংথৌ ওইজবা
নিংথৌ ঐনা শিংঙমদে"
থূমননা চরৈ পুনশিল্লে
মখা কল্লি তারকপা
খম থেংনা কিরবা
অথক অকি মিথক্লেংনা

অমরোমদা খূমননা ঙসি কোবা নুমিত্তা
ঐগী থরায়দি লৈখরে থরায়দগী হেনবদি
নিংপৌ ঐগী লৈজদে পীদবদি য়াদরে
পীনিঙ্ব মনা পীরগে লৈবাক্কা করি হায়বগে ?"
মপু মরা তাবদা মোইরাং প্রজা 'পূম্বনা
হরাউ হবাউ য়ানরে য়েৎনবা লৈতা হঙ্গৎলে
পীনিঙব মনা পীদুনা সনা পূক্নিঙ্ থুংবীবা
অথৌবা মতীকান হায়নরে অদূম্নদি ওইরগা
খূমন মতীক চানবা করি মনানা ওইগবা
খঙ্নিঙ্ কোঙ্গায় পোক্পরে লাঙ্তক্কা ঙাইনরে
রা মচেৎ ঙাঙ্নদ্রে উন রাইমূক চীকখরে।
তপ্পা লূম্ব য়াথংনা সনা য়াথং থারকই
"মনা ওইনিংঙাই রাৎপনা খূমননা মগুণ হেনবনা —
মশাগী মতীক মঙাল্ল লৈমা শীচন্দ চল্লবী
রাঙাঙ্ খোনকম নিঙ্থিবী ঐনা লুনা থমজবী
ঙাংখরৈমা তালোয়সে ঙসি কোবা নুমিত্ত
লৈবাক প্রজা মমাঙ্দ অকনবা মনা শক্তুনা
অওঙ্ অউন লোয়ননা খমন থুত্ত হাপলেদো।
চরৈ মল্লি খনকদে ফী-জি নেৎলি নিঙ্ক্দে
থরায় পেম্ন পীবনি লৎন হৈদা মতৌনি
লোদ ফদবা মনানি নিংখোনা পীবা থূদোক্লনি।"
অসি হায়বা লোয়ননা কনাগী মরা তাদনা

খুমনগী য়ানিঙ্দ মতৌদো।
রাংলেন মিৎনা কুপ্পদা।
সনা য়াথং পীবকই —
"ভাংখ লমদা শাৎচবা।
য়েংউ অসি উবরা
পাম্বশিংসি খঙ্বরা
মুমদা লোইবা হূইগুম্ম
খুমাঙদ মকোক থমদুনা
অকনবা কনাগী থৌওঙ্নো।
অথোবা কনা লিংজোম্না।
নঙগী ঐগী লৈজবা
কারনা লম্মন শিগনি
অচৌব অখৌ পোয়নন
ঐনা তৌবব্ডু লমদমনা
মশক উনা লোংখিবা
কার ফম হল্লকপা।
মাদুনা মরম ওইদুনা
অকনবা অমগী থংম্বে ইনা
নিঙচমদবা পূকচেননা
অহিং মমৈ ওইবিদৈ
তোর্ব্বিড় লমদম পা লাম্ম
পাখ কৈবেন থেংনবে

হল্ল ফাওব য়েংদনা।
ভাংখরৈমা কৌদুনা।
থেম্ম নৌনা হায়রকই —
মোইবাং কোনুং ছাঞ্জা!
পামেল খাদা লৌরবা।
তাইবঙ্ মীবক অসিদা।
মনিং মনা তুথনা।
কূপ্লবাসি উবরা?
মোইবাং কনানা ফাবনো।
নূবা নাকোঙ্না তাবরা?
ঈপোৎ ইশন মবক্ত
কবনা মনা শকান?
অকল অখৌ রাওনা
শান্তানবা চৎলবা
য়াবৌ মশক উদবা
নিংখৌ থরায শোক্থবা
নুডাইকবা মতৌদা
খাম্বী মৈনী হৌশরে
মোইবাং কনা খংদনা
তাইবঙ মীকপ থোক্তিদৈ
মখল্ম মার্গৌ পিবস্নু!
শাদী মকোন চঙগুং

মথূক্ত খূৎলাই য়াওদনা
লায়ন পাম্ব থেংনরে
নিংথৌ ঈনাক য়োরকলে
হায়য়ু খল্ল, নিঙ্থিবী
করিনা মনা ওইগনি
থোৎনা মেঙ্বী মখোলনা
নিংথৌ পূক্লিঙ্ শুমদূনা
খোইখোয়বী পীশূম লৈদূনা
"থরায় পাম্মুদ মতৌনা
মনিংথৌ নুংশিবা উক্তনা
শা-বু কিবা মহূক্ত
চঙনা পাম্ব ফাবকপা
নিংথৌ থরায়না ওইগনি
অকনবা মনা শকপদা
অদূবু সনা পূক্লিঙনি
সনা য়াথং থারকই
"তাও 'দূদি শকহেনবা !
থরায়গী মহূৎ থরায়নি
লাইজীঙ্ থরায় শকচবী !
ঙসি কৌবা নুমিক্ত
থূমন মচা অকনবা
অকনবা মনা শক্তনা

থৌওই উশীক্ত মতৌনা
হূই হৌদোঙ্ শুম ফারকলে
চঙনা কৈরেন কৎলরে
অকনবা মায়য়োক য়ানব
অথৌবা লম্মন শিংগনি ?"
ঙাঙ্খরৈমা তালোয়না
অতাবা প্রজা পেলহম্ম
নিঙথিবা মপাউ মেল্লকই—
শা-হিং চাবা মরক্ত
অকনবা মথন লেপ্লুবা
মথূৎত খূৎলাই য়াওদনা
অকনবদূগী মায়য়োক্তি
অতৈ কারি অমনা
মগুণনা মহেল্লগনি
ননাইনা কারি খঙ্গনি ?"
লাইজীঙ্খুনা হায়রকই
ঐগা নিঙবম্মু মাদূনি
থরায় পীগে খল্লেদো
ঐগী পূক্লিঙ্ খঙ্জবী !
লৈবাক মীয়াম মামাঙ্দ
থরায় থাবা কিদবা
অওঙ্ অউন লোয়ননা

খুমনদা নঙ্‌বু থাজবা
অকনবা শেগা তাংখিবা
য়ানিঙ্‌দবা লৈবরা
থম্বাল লৈকা মাঙ্গবী
তবা তবাবী চীনবান্দ
কুচু পানবী মায়থোংদা
লৈবাক মীয়াম মমাঙ্‌দ
তঙাংবা কুচু ফাওদূনা
নিঙোল মপাউ পীরকই
'পাক চাউবা মোইরাংদা
করিগুম্বা পোৎশরু
মাদূনা মরম ওইদূনা
অসগুম্ব মতমদা
মতীক চারে খনবিবা
ননাইগী লাইবক ফবানি
অমবোমদা হায়রগা
য়াথং লৈখা তাহল্লোই
অকনবা কাদা থাবীয়
ঐতগী লমজনফমনি
চীনবান্দি নোংথাঙ্‌ কূপ্পগা
সনা মায়থোং তম্লকই
নিংথৌ পূক্লিঙ্‌ পেনখরে

নোংয়ায় তালোয় শক্তূনা
অথোইবা মনা শকখিবা
নিঙোল পূক্লিঙ্‌ খঙ্‌নিংই।"
মিৎস্না লৈনা য়েংখৎলি
খোয়রুম মোমোন নোক্তূনা
অনৌবা ৱাক্ষম অসিনা
হায়ক্কেৎ ঈকাইখিবনা
নিঙ্‌খিবা শন্নক হাপ্তূনা
সনা পূক্লিঙ্‌ হোদোকই —
অকনবা মনা শক্লবা
মতীক চায় খল্লবা
সনা পূক্লিঙ্‌ মক্লবা
ননাইবু মনা শকপিবা
মনা লক্তগী হেঞ্জবা
ইপুরোয়বা য়াথংনি
ঈনিংথৌ সনা পূনিঙ্‌নি
কৈদৌনুংদা হীক্কোকলোই
সনা পূক্লিঙ্‌ পেনবীয়
ফীগাউ শানা নিজরি।"
তরক তরকপী মিৎস্নাদি
মিৎলু ঈরা লোৎলকই।
লৈবাক মীয়াম হরাউরে

খূমন নোংয়ায় অথোবা
নিংথৌগী মনা য়াজরে
নিংথৌগী মগুণ শক্লরে
ঙাংখবৈমা ঈবেন্ম
নিংথৌদগী স্থু রাংখরে
অস্থূম তৌনা লৈমনা

চবৈ ফীগাউ শাদুনা
তিল্লরিবা প্রজানা
অকনবা মমিং শোল্লরে
পূন্নমক্তগী হেনখরে
অকনবস্থু মায়থীরে
অরাম শঙ্দ ঙাল্লরে।'

স্থুরচান্দ শর্ম্মা

লোইরবা